# হীরম খুদিং হন্না য়েংহৌসি



মীয়ামদা খুরুমজরি।

শ্রী অথোকপম বিরবাবু সিংহ

# হীরম খুদিং হন্না য়েংহৌসি

শ্রীঅখোকপম বিরবাবু সিংহ

মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ
বিষ্ণুপুর—৭৯৫১২৬।

হীরম খুদিং হন্না ত্রেংহৌসি




অহানবা ফোঙবা — জুলাই, ২০০০ ।



অফোঙবা — মণিপুর সাহিত্য পরিষদ,
বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চনা ফোঙবা

কপী মশিং

নম্ফম — য়াঙ্গোইনিংথৌ প্রিন্টর্স, বিষ্ণুপুর বাজার ।

মমল — লুপা ২০/-

ফংফম : -- অইবা মশা অমদি লাইব্রিক য়োনফম হুকানশিং ।

# ৱাহৈ অম'নীদং

হন্দক পুথোক্লিবা শ্রীঅথোকপম বিরবাবু সিংহনা ইবা, "হৌরম খুদিং হন্না য়েংহৌসি" হায়বা লাইরিক অসি থারগা ব্রাঞ্চ পরিষদ অসিগী মিংদা পুথোকচবা অনীশুবা লাইরিক্নি। শ্রী বিরবাবু লৈবাক্না খঙনরবা লাইরিক হায়বা কলাদা মমিং লৈরবা ওজানি। ধর্মগী লাইরিক কয়া পাক্রবা অমদি কৃষ্ণ ভক্তিদা লুপচক্রবা ওজা অমা ওইনা মীওইবগী লমচৎ-শাজৎপু লুনা লৌজবা নীশক্নি। ওসিগী সমাজ অাসদা লমচৎ মাঙথরক্লিবা অমদি হিংসাগী লম্বীদা চৎনরকপা কয়াসি উরুরগা থম্মোয় শোক্লিবা মীশক অমত্নি। মতমচানা মীপুম খুদিংমক শেমহৌরবা অমদি বেদ-শাস্ত্রশিংদা ইরিবা লাইগী পাউতাক কয়া, খুদম কয়াসিদু অঙাংশিংদা পীবা ওমহৌরবদি মথংগী মীরোলদি কনবা ওমগনি হায়বদি অইবসিগী লেওব্রবা অাশানি। অহুমক্তনা অইবাসিনা নশানা তানশিল্লুরিবা জ্ঞান অমদি ধর্মগী লাইরিক-শিংদা লৈরিবা শেংলবা ৱাহৈশিং ইথোক্লগা মীয়াম খঙমিন্নবনা অমত্তা ওইরবা পাম্বৈনি খন্দুনা ইথোরক্লিবা লমচৎ-শাজৎ শেম্বদা উপায় ওইরগদবা লাইরিক্নি। মমা-মপা, অহল-লম্মন, ওজা-গুরু পুন্মনক্না খঙবদা কান্নরবা পাউজেলনি।

তশেংনা হায়রবদা হৌরম খুদিংদা কান্নরগদবা পাউতাক, মীওইবা অমা ওইনা খঙদবা য়াদ্রবা ভক্তি মার্গগী উপায়শিং ফজনা উংলে, কল। অসিদা লৈবীরিবা মীশক অমনা তৌবিফম থোকপা থোদাং অহুমক পাংথোক্পিরকপনি। লম অংসোমদা কুইনদগী ৱাংতুনা লৈরবা অহোবা অদু ওজাসিগী লাইরিক অসিনা থরদং ওইরবত্নু মেনথংলগনি। মশা তানা খুৎই কয়া পুথোকপিরকপত্নু ওইসত্নু।

সলাম তোম্বা সিংহ
প্রসিদেন্ট
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ।

বিষ্ণুপুর
তাং ৭। ৭। ২০০০ ইং

# ৱারোল খরদং

ঐনা লাইরিক মচা অসি কোঙনবা হোৎনজখদা ঐবু পুক্নিং থৌগৎপিখিবা লোয়নন্না প্রেস পাবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ঐগী ইনাও শ্রীমান সলাম তোম্বা সিংহ, এম: এ:, প্রেসিডেন্ট, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চকী মফমদা মপোকসিমগী শিংবা ঙম্মরোইদবা লমন তোনশিঞ্জবে।

শ্রীঅথোকপম বিরবাবু সিংহ
অইবা

# শ্রীশ্রীগোবিন্দ জয়তি

শ্রবসোঃ কুবলয় মক্ষ্ণো। রঞ্জন মুরসো মহেন্দ্রমনিদাম।
বৃন্দাবন রসর্নাঁনাং মণ্ডন মাখিলং হরির্জয়তি ॥

অস্যার্থ - গোপীশিংগী অয়াম্বা লৈতেং নাকোংগী থরো অশংবগী নাচোম, মিৎকী কাজ্জল, বক্ষগী ইন্দ্রনিলমনিগী লিক পরেং পরেং ওইবীরিবা হরিনা জয় ওইরি।

## কথোকচরি

পৃথিবীগী খোইদৌ থম্বাল ভারতবর্ষ খণ্ডগীনা নোংপোক থংনা উদয়াগীরিগুম ঊাল্লবা ইরৈপাক চৌংলোন মপন্না য়েরুববু পল ওইনা ঊাকলিবা মৈতৈ, হাও, পাঙল, জতি অহুনগী (জন্মভূমি) পোক্রফম সনা লৈপাক মৈত্রবাক্তা কলি যুক্তা লাই-য়ামলক্তগী অথোইবা ভগবান ওইবা ইবুংঙো নহাক্না শ্রীগোবিন্দ হায়না মিংথোল গৌবিদুনা শ্রীবিগ্রহগী স্বরুপ ওইনা ঊাম্বোইবী-রি। হে মনিপুর পুরন্দর—ঙোল্লবা পাংদবা ননাইগী ননাই ওইজনিংবা ননাইনা লাইবিক মচা অাসব্ শ্রীচরন থম্বালদা থরাই হকচাং লোয়ননা খুদোল পোৎ ওইনা কৎথোকচরি। লৎনদনা লৌশিনবীয়ু নহাক্কী নাম গুণ লীলা শক শোঞ্জবনা পুন্সি চুপ্পা ইরৈবাক্কী সেবা ফংহনবীয়ু।।

# ৱাহৌদোক

ঐনা ঐগী থম্মোয়নুংগী অৱাববু ফোঙদি ফোঙদোৱিং ৱাইহৈ ৱাতাদি হৈজদ, তক উকবদা থম্মোয়দি কাই, হায়জৱুবদি ওনজদ, মণিপুর সমাজগী নোংমনোংমগী শোকচিল্লকইবা ধর্ম্মনা ময়েং তারকইবা থকশি খাশি লৈনরক্কবা, হৌরকইবা নহা-বোলশিংনা মানা মানা নিংবতনা মচুম্মে খন্দুনা লৈপাক্কী ওইবা অপুনবা শক্তম থম্মক্কিব্ৰা, কাংলুপ কাংলুপ শেম্মদুনা মীনুংশি মশক খংদনা ৱাখল য়াওদবা শাগুম হাৎন শুনৱিবা, মুপা অঙা পুম্নমক ভুষ্ফন চাফন খংনরক্কিব্ৰা মীকপ মীবাওখোন্না নোঙ্গাং-ওক্কবা, লৈপাক্কী ৱায়েল চুপ্পি পাবাববা অডম অখৌ পুম্নমক্না নাইকৈ খুদিংমক্তগী লাউশল্লকপা ৱাকৎ খোল্লাও খা বা পুবা থাংবা ওম্মক্কিব্ৰা, অচুম অবান বিচায় লৈরক্কবা মচিন মনাও ফাওবা নুংশিনবক্কিব্ৰা, মীপুম খুদিং অমনা অনবু য়েন্নবগুম উন্নরকপা, ধর্ম্মবু থৌ-ওইরক্কবা ফীজেৎ চাকচা মনিং তম্মকপা জীব নুংশিবা খংওক্কবা, মমা মপানা হায়বা ভাংবা থৌওইরক্কবা, পুম্নমক অসিবু উরক্তরুবদা—শাস্ত্ৰগী জ্ঞান লেজব্ৰবা খুঙ্গ মচা অমদা পোকপা মীচম অমা ওইনা পুন্সি লেঞ্জবা, অপংবা ঐগী থম্মোয়না তুম্বা চাবা চংদবমথৈ ৱাজার। মরম আসংগী এনা খঞ্জে ! ঐগী তেল্লবা পুন্সিগী মতম খরা অসিদা লৈপাক মীয়ামগী ওইবা কাম্ব তৌরমসিগে ? অসুম্না খল্লুদা অতৈ পাম্বে অনা উরক্লদুনা ইশানা পাম্না নুংশিনা খোঙোৱিবা দাইৱিব লৈবা

হায়রবা কলা অসিদা য়ুম্ফম থমজরগা—নিজ ইষ্টদেব শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী কৃপনা ঐগী থম্মোয়নুংদা ইন্সিনবীরক্তনা ঐগী থম্মোয়গী য়ারীবু ইপং পংনা লিথোকচবা লাইরিক মচানি। লাইরিক অসিবু কনাগুম্বনা ভদ্রলোক ওইবা ইচিন-ইনাওশিংনা পাহনা য়েংবিবদা অশোয়বা অরানবা মপৈ অমা য়াওরমগনি। পুম্নমক অহুবু মাদি পাংদবা অপংবনি, পামজবদগী ফোডদোকচবনি খনবিহনা ভাকপীগনি। অহুগা কনাগুম্বনা ফনবা তাকপী-বকপবস্তু হরাওনা ইকোক থোংনা লৌজগনি। লাইরিক মচা অসিবু অমুক্তং পাহনা দোষ গুণ য়েংবিনবগীদমক পাংত্রবা ঐনা মণিপুরগী লাই গুরু ইচিন ইনাও পুম্নমক্কা মফমদা প্রার্থনা-গা লোয়ননা হন্না হন্না খুরুমজরি। লাইবিক মচা অসিদগী ওইবা মীয়ামগী ওইনা বাম্নবা মবিক অমত্ত' লৈবরবদি হোৎনজমন মতৈ য়াঙ্গগনি। অইগা ঐগী মঙ্গল ওইজগে।

# জীবন চরিৎ

থানা বিষ্ণুপুর জিলা কুম্ব। কেন্দ্রগী মনুং চনন। ইথাই খনৌ খুঙ্গং মচা অসিদা শকাব্দ ১৮৫৯, তাং ৮। ১। ১৯৩৮ ইং পোইন্নু পানখংলকপা ৭নি পানবা থাংজ নুমিত্তা পোকই। অপোকপা ইপাগা নাম অথোকপন অনুয়াইমা কৌই।

অপোকপী ইমাগী নাম লাইশ্রম নিংঙোল অথোকপম ওংবী চাওবী দেবী কৌই। ঐগী ইমা ইপা অনিগী শিনফমদি লৌমীনি, য়াম্না লাইরবা ইমুং অমা ওইনা হৌরকই। ঐহাক ইশাগী চহি মরি শুরকপা অহুরাইদা লৈকাইনা লনাই ওইনা ালংখৎচবা স্কুল অমদা মিং চন্দুনা (বিদ্যারম্ভ) লাইরিক তম্বা হৌজরকই। মতম অহুদা ইথাইদা সরকারগী স্কুল অমত্তা লৈরমদে। মরম অসিনা লৈকাইনা ফৌ খরা খরা খায়নহুনা চহি অমগী ওঝাগী দক্ষিনা কৎতুনা রানা লাইরিক তম্নে ঐসু য়াম্না রানা হোৎনহুনা লৌশিং থোকপা হায়না খংনবা মরি শুবা ক্লাস অহু ফাওবদৎ স্কুল তমজরকই। মতুং অসি স্কুল থাদোকচবে। করিগীদমক স্কুল তম্বা ত্তোকপগে? ধর্মগী লম্বীসু ওইবা মায়ামগী সেবাসু ফংবা লাইরিক হায়বা কলাবু অডাং ওইরিবৈদগী পামজরকই। ঐনা পামজরিবা কলা অসিনক ইমা পাজি অনিনসু খোইদানা পামজবমক থোকই। ঐনা ইমা পাজিদা থরুমহুনা বর নিজবদা অানবক্লা কোক্তা নানবিহুনা ওসিদগা লাইরিক হায়বা তমজরে। নমাস্নবগী মরম্ভ। মীকোক থোংবা ফংহনা মণিপুর সমাজগী সেবা নপুন্স চুপ্পা। ফংজরো হায়না খর পাবি। হৌজিক নীংশিংলুবদা মিত্তগী পি তাই কপিংই। তশেংনমক কলা অসিদা ত্তোল্লবা ঐবু শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা চিংশিনবারকপমক্লি॥

## আদি গুরু

অহানবা ঐবু শিক্ষ্যা ত্তোবীরকপা আদি গুরুদি শ্রী হুইরেম অঙৌ লৈফম হিয়াংথাং লাইরেম্বী মনিংদা লৈবা ওঝা

ইবুংঙোদা ইহান হান্না বরিত্নুনা তমজরকই ! ঐগী গুরুদেব হুইরেম ওঝা মতম অমদা লৈপাক্লা শকথংলবা মীংচৎ লৈবা ওঝানি। ঐনা ইহান হান্না তমজরকপা লাইরিক বলদেব তমজবকই। মথংদা সারস্বতী ব্যাকরন ওঝাদা তমজৈ। মথং মথং শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতনচিংবা থর থরা তমজহুনা লাইরিক হায়বা হৌজরে ঐনা লাইরিক হায়বা তম্বা হৌজরকপসি ইশাগী চহি তরাতরুক গুরুকপা মতমদনি। লাইবক থিবদি ঐনা লাইরিক কন্না হায়বা হৌরকপদা হুইরেম ওঝা গুপখ্রে সিদ্ধী ফংখ্রে।

মথংদা হৈথাম ওঝা বাপু লৈফম কৈশামপাৎ ওঝাদা লাইরিক হায়বা তমজরে মতম অহু ইশাগী চহি ২৩/২৪ গী মতম্ম হায়রিবা ওঝা অসিস্নু মনিপুরদা মীংচৎ চাওনা লৈবা ওঝানি ওয়া ইবুংঙোদা চহি অমরোম তমজহৌই। অহুবু লাইবক থিবনা হৈথাম গুরুদেবস্নু সিদ্ধী ওইখ্রে। মতম অহু ইশাগী চাহ ২৭ লোম শুরে। অহুমগুবদা ইকোন কোন্না তম্বীরকপা শিক্ষ্যা গুরুদেবদি— য়ুম্নাম গোবাচান্দ লৈফম চঙাংৈ ওঝা ইবুংঙোদগী শিক্ষ্যা ফংজহৌই। ঐহাক ইশাগী চহি তরাতরুক গুরুকপা অহুরাইদগী লাইরিক হায়বা সমাজ সেবা তৌবা হৌজরক্লে। ঐবু লাইরিক হায়বা পুথোকপীরকপদি ঐগী ইপাগা হেক পোকমিন্নবা পাজিহন্না পুথোকপীরকপনি। ঐগী ইপল অহুগী নাম অথোকপম গোৌরমনি কৌই। মতম অমদা ইথাই গোৌরমান

লাইরিক থিবা হায়না মীয়াম্বা শকথংনবা ওঝা অমনি।

## ঐনা লোয়নজরকপা ওঝাশিং থরা ঃ—

ফাইরেনবম ইবোহল. লৈফম মোইরাং থাংজিং লৈরক। হাওবম ইবোহল. লৈফম থৌবাল কেক্রু। খুন্দ্রাকপম ময়েন্যো, লৈফম থিয়াম লাংপোক। য়ুম্নাম হাজুর, লৈফম য়াংজিং য়াংখৈ কুম্বি। হৈস্নাম ইরাবোৎ লৈফম উরিপোক। লৈশাংথেম তোম্বা লৈফম থৌবাল হাওবা। মসিনচিংবা ওঝাশিং অসিগী ওইদা ফমহনা অতাং ওইনা নাম শোন্দুনা নৈপাকী সেবা তৌজরকই। হৌজিক হৌজিকস্ত পুত্রস্বম গন্ধসিং লৈফম লাইরেঞ্জম। নিংথৌজম ইবেতোম্বী লৈফম সলুংফম। খোংনেম লৈফম থৌবাল অচৌবা। কোঞ্জম নরজিৎ লৈফম সোইবম লৈকাই। কোঞ্জম চন্দ্রকুমার, লৈফম ত্রোংলাওবী। ফিজম তোম্বী লৈফম কাইরেনমিখোক। হায়রিবা লাইরিক থিবশিং অসিগা লোয়ননা নৈপাকী সেবা বৈষ্ণবশিংগী সেবা ফংজরি।

## শিংথাজবা থরা ঃ—

মণিপুরগী ওইনা সরকারগী মাইকৈদগী ওইনা মৈতৈলোলদা লাইরিক থিবা হায়রবা ফাংনবা অমা ভখেল লৈকাইদা পাঙথোকখি। এন কোইরেং সিংহনা মুখ্য মন্ত্রী ওইরবা মতম্তা। এডুকেসন মন্ত্রীনা নিংথৌখোংজম তোম্বীনা ওই। মকু ওইনা

ব্মা তোম্বীনা সিনবীহুনা কলা অসিবু পুখৎপিখিবনি মতুদা মণিপুরগী এম এল এ মকোক থোংবা মন্ত্রীশিং মণিপুরগী শক্লাইবরা কলাগী ওঝাশিং এলাংবম নিলকান্তনচিংবা শক্লাইবা কয়ানা ভাবোক ওইনা ফমহুনা অথম্নবা ওইনা ফাংনখিবনি। মতুদসু মকোক থোংবা ফংজরকই। কাংওবম লৈকাইদসু মৈতৈলোল কংনখি মতুদসু য়াওজে। মসিদা নত্তনা লৈপাক্কী ওইবা অচৌবা খৌবম খুদংমক্তা চিংথদনা য়াওজে. এঃ আবঃগী কলা অমা ওইনসু য়াওজবি শ্রীগোবিন্দগী সেবাদসু মবক মরক্তা অহুমক য়াওজবকই। মহাবলি মাগুরদসু সেবা ফংজৈ হিয়াংথাং ভগবতী ইমাগী চক্কিগী সেবা তত্তনা ফংজরি। হৌজিক হৌজিকমক সোরাৎ ফীরোয়, অহরাত্র সঙ্কীর্তন, ধর্ম্মগম মরি লৈনবা উৎসবনাংবা মণিপুরগী এফম খুদংমক্তা বৈষ্ণব বৈষ্ণবী অমদি মীয়াম্মা নুংশিবাহুনা থোইদোক্লা লেপ্তুনা সেবা ফংহনবীবি। তাং ২৭। ।১৯৮। ইংদা মণিপুর ষ্টেট লাইব্রিক থিবা হায়বা অপুনবা সভানা নুংশবীহুনা বক্তাভুষন হায়না উপাধি অমা পীবি। অসুম তৌনা ভুসিকাওবা পাগ্রবা ঠনা লৈপাক্কী সেবা ফংজরক্লি।

## ইপা ইপু হৌরকপা শম্লপা ঃ—

ঐবু পোকপা ইমা ইপা য়াম্না লাইবনা হৌরকই। শনকমসু লৌমীনি। বৈষ্ণব ধর্ম্মবুদি য়াম্না নুংশিনা অরোইবা ফাওবা কাইদনা চৎখি। লাইরজববসু মচা ঐগীদমক্তা অদ্রা

অনং কয়া থাংহ্না ঐবু মীরক তিনবা ওয়বা হোৎনবিরকখি মপোকসিদা ঐগী শক্তিনা অনিগী লমন শিংবা ওম্মরোই। ঐগী শাগৈদি—ইপুধৌ হাক্তক্তগী নাম শোনবা পাম্মকই। মীয়ামগী সেবা তৌরকই। ইপুবোক পোকপা ইধৌ অথোকপম চুরা কৌই। লাইরিক হায়রম্মী। থোঙ খুৎ শম্বদসু চুবাচান্দ মহাবাজ সনা হক্তক্তা মণিপুব শিন-থুংনা ফাওই। থোকপা চুরা হায়না চুরাচান্দ মহাবাজনা সম্মান থম্বীহ্না মনা পীবি হায়না ঐগী পাজিনা ঐঙোন্দা তাকপি। অহুগা লোয়ননা ব্রাবী মচা অমা লিবাহ্না ঐবুসু ইপানা ব্রারকপীখি। মহুদি অসুম্না ইধৌদা প্রমান থমহ্না লিবীনি। নধৌহু পুকচেল চাঙই মমল খিদনা মীয়ামগী সেবা তৌখি। লৈত লাইবগী থবক্তা মমল লৌখিদে। জাৎ বিজাৎ থায়খিদে মহুগী প্রমান্দি হাঙ মচা অমা থোঙ তেকপা শম্বীখি। কুইনা এখোয়দা লৈবম্মী অহুবু মচাগুম লুনা তৌখি। ব্রাবীসিগা লোয়ননা ঐঙোন্দা পাজিনা তাকপি! নংসু নাম সোনবদা— দক্ষিনা যাম্মী য়ামদে থিরুসু। হায়সু হায়হৈদবানকো! মীয়ামগী বৈষ্ণবকী সেবান খল্ল পেনবা তমউ। বাত্তোন হানবদা চংলু অচৌবান হাধহ্না কোম্না লাকপা পাম্মনু লাইরবগীসু কর্ম্মনিকো চপ মান্নবনি পৌহৈদে হায়না তাকপি। মতম অহু ইশাগী চহি ৩০ (কুম্থ্রামুক) শুরকপা মর্তাম্ন। বাত্তোন য়াম্না কুংই। নোংমত লেপ্পুনা শোল্লি। ঐগী থম্মোয়দসু হাইকেৎ ঐ য়াম্না ফরবা অফাওবা ওইরে খঙবা মতাংমক্তি। ঐগী থম্মোয়গী অব্রাংবহু উবিহ্না

অপংবা ঐবু ইপানা ন্নারকপিবনি কোন্না জ্ঞান তারকই। ন্নারী ম্‌তেক অমস্থু পাজিনা লিবীখি ন্নারীতুনা ঐগী অথোইবত্থু লৌখোকপিখি। অস্তুম্না ৩াকপি!—হাই হাই খোইনু নাপল তৌজনু ইবো নরাইবক ফবদগী নহালমুক্তা নংনা তোজববপগা ঐনা ইচাসি অমুতুং মীবক তিলহনবীগু হায়না গৌরাঙ্গদা নিজবগা অতুনা মায়ামগী সেবা ফংজবনিকো খক কাওনু! মণিপুর সনা লৈপাক অসিদি নাপল কাবা য়াদবা ঈশ্বর অমা লৈবনিকো! পুং ইশৈদা ওইবো, লাইবিক্তা ওইবো, অকল-অথৌদশু মণ্ডাই হারম খুদিংদা ঐ মণ্ডাইরে হায়বা নাপল শুকয়া য়াদবনিকো। নুমিৎ খুদিংগী পাগ বনা কাংজৈ কাংছ পায়তুনা কনা কনা কোকতোন হেনগৎলকপা য়াওবগে হায়না য়েংবদা হেনগংলকপা মী অতু ঙৈথেকই হায়বনি, ঐনা মতোল্লে হায়না নব লুক্না চংলু। মতুদদা পুন্সিগনি, মতম শাংনা লৈপাক্কী শেবা ফংগনি। হায়না পাজিনা লিব। ইপানা লিবাবা ন্নাবী মতেক খজিক্তুংতুনা ঐগী থম্মোয়দা খোইবম্বতু খুদক্তা লৌথোকপাখি। বয়াদা মমল য়ামগ্রবা? ইপা পোকপা ইপুবোক অথোকপম থম্বো কৌই, লাইবিক হায়র্বনি। ইপাগা পোকমিন্নবা ইপস অথোকপম গৌরমনি লাইবিক থিবনি। মতম অমদা ইথাই গৌবমান লাইব্রিক থিবা হায়না মণিপুর মীয়াম্না শক খনৈ। মমিং চৎখ। পুন্সি লোইবমদাই ফাওবা লৈপাক্কী সেবা ফংখি। তশেংনমক ওসি পাদ্রেবা এনা নাম

শোঞ্জবিবা বৈষ্ণবশিংগী সেবা ফংজবিবা অসিমক পাজিহন্না খুৎ-পাযত্তনা লমজিংবীরম্বনি শেম্বীবম্বনি হন্দক মপোকসিদা পাংদবা ঐনা হৈপাগী লমন শিংবা ওম্মবোই।

## মখা অসি ঐনা নিংজবা খরা ফোওদোকচরি ঃ—

ঐগী ব্রাখল ঐনা নিংজবা পুন্সি অসিদা পাওথোকচ-নিংবা খরা ফোওদোকচাব। মতুদি— পুন্সি অসিনা হেক হিংলিবা ঙম্মিবা মখৈ থব্লায় হকচাং কৎথোক্নুনা লাইবক থিবা হায়বা কলা অসি। চাওখৎনবা মীয়ামদা খুদোল ওম্বা ঙম্নবা হোৎনজানিংই! হোৎস্নু হোৎনজার। মসিগী মরম অমা পাজববদা— পুং ঈশৈ জগোয় শাগ্রগা মবি লৈনবা নলা খুদংমক কুপনা খিকবা ওাববাদ লাইরগী থ্রুম্নন ওইনা হৌখিবা থোকখিবা ওাও। ওইবম্মা মাসদা নওন। লৈজাক-লোল বাজনীতি যাওই। নাওইবগী লাচৎ শাজৎ শেনদো। পা ওম্মী ধম্ম অমস্তু, ভাওগীস্তু (স্থাযান) নফাম্ল। মবম অাস উবনা বাজ স্বাষ ভাগংচন্দ্রনা দেশ। মঙ্কাওন ওইনা পুথোক্ৎ। থম্মোবম্বা লাইবক থিবা হায়বা হাযনা মাংথোনবা স্নংগী অর্থ মপৈ অমা য়াওবা কলানি নিংজৈ। মাসবু মণিপুর সবকারগা খুৎশম্নদুনা কলাগী লনগৈ মমুংদা হাপ্পিন্দুনা চাও-খৎহনবিরবা কলা অসিবু সবকারনা হেন্দোক্না শক খঙবীদুনা অচৌবা মতেংগা লোয়ননা লৈপাকী সেবা ফংহনবীরবদি—

রাজঋষিগী লোইনাইদ্রবা লমন শিংবা শকচগনি। কলাসিনা সমাজদা পীবা কান্নবগী মবমশিং অহুদি মখাদা শন্দোক্লা ইজররক্কে।

## হৌজিক ঐনা হোৎনজরিবা খরা :—

হৌজিক হৌজিক ঐনা হোৎনজরিবা খবদি—সেবোক ইচাশিং খবা ঐনা খংজবা খরা খরা অসি তাকপী তম্বীবা হোৎনজরি। মসি কলা অসিবু নুংশিজবগীনি খং-হৈহনা তৌজবা নত্তে। হোৎনজরিবা অমনা—ঐগী শিক্ষা শ্রীগুরুদেব যম্নাম গৌরাচান্দ ওঝা ইবুংঙোনা শ্রীগোবিন্দলীলামৃত রস মধুর রসগী লাইরিক অসি নিশান্তগী মধ্যাহ্ন (সর্গ) অধ্যায় ১৩ শুবা ফাওবা মৈইতৈলোলদা পদ শেনহনা মরুক তবামদিগী মচৎত (অনুবাদ) মৈতৈলোলদা হন্দোক্নবা ইনিশ্মী। অহুম্ লাইরিক থিবদা লোইবা ওম্মমল্রে। গুরুদেবনা সিক্লা ওইবমদাইদা পান্দ্রবা, হৈত্রবা ঐঙোন্দা শন্নবিরম্মী। ঐনা লোইবা ওম-নমদবা মথা অসি নংনা ওম্নবা হোৎনহনা অনুবাদ তৌবাউ। ইপাদি ওমদ্রে হায়না মুখ্দা তাকাপনম্মা মতম অহু ঐগী ইশাগী চহি কুন্থানিপাললোম শুবা মতমনি। ওঝা থুপথ্রবা মতুংদা ইবা হৌগে খল্লকপা হৌরকপা মতমদা লাইরিক খিবনা প্যেরালাইশিসনা নারক্কুনা চহি অহুম মরিরোম সেবা ওমদহুনা মতম হৌখি। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী কৃপানা বৈষ্ণব

বৈষ্ণবীশিংনা ঐগীদমক অমুক্তং হৌগৎলক্কুনা মীয়ামগী সেবা ননাই অসি ফংহনবিযু হায়না। গৌরাঙ্গ প্রভু অমদি শ্রীগোবিন্দদা মণিপুরগী ঈশ্বর পুম্নমক্কী নিবীবগী নংগাং। হৌগৎলক্কুনা ভসি অমুক হন্না মীয়াম অমদি বৈষ্ণব বৈষ্ণবীশিংগী সেবা ফংজববনি। ঐগী পুনাগী মমলদি নত্তে। ঐগীদমক থোরাই হু-চাং য়াওনা মনল লৌদনা মথৌশিংনা হোৎনবিরবপা অমনা এগী ইযাম্বা হিযাংথাং লাই মনিংদা নৈবা শ্রীলোইতোংবম ধবলসিং মাইবা—পুকচেল চাঙবা ইনাম্বা অসিগী মপান্না পুন্সি অসি অনৌবা অমা শাবীহনা অমুক হন্না মীয়ামগী সেবা ফংজববনি। ইয়াম্বা অসিগী লমান্দ মপোকসিদা শিংবা ওমেনে ইতে বাংবিরবপা অমনা হিযাংথাং লাই মনিংদা নৈবা মনসন ইবোচাসিং ঐগী ইনাও পুকচেল চাঙবা মমুংশা থংবা থগায ইবোচানা মথৌ কায়থোক্কুনা মশাগী লাল থাদবা পুথোক্কুনা রাববা চিববা উপায় নৈত্রবা মতমক্তদা মতম থবদা নংলো চাকচপনা হেক পোকামরবা মসাম্বগম্না হোৎনবিরকখি। এহাক অসি ইনাওগী ইবোচাগী লমন লোলহৌনবা নীশার। ইনাওগা চাঙবা লমনব ববিনা শিংগদগে? নংগী নপান্না ইযাম্বনা ভাস মাঙবদা নাম শোঞ্জবা ঙম্বনি। নাম শোনবদা ফাওরকপা থম্মোয়গী শেংলবা প্রেম্না নংগী লমনশিংবা শাকচগেকো। নয়াম্ববু রাবৌবিন্নু।

ওহ্নাকপনি—ঐদি হৌখিবা ঐগী জীবন চরিত্তা থোকখিবা থেংনরকপা অরাবা থম্মোয়দা ফাওরক্কুনা চোইবোল

লোল্লুরে ঐবু ঙাকপীযু। ব্লারা মখা লিজরক্লগে ! মতুং অসি নাব ফরে তপনা তপনা নাম শোনবা খরা খরা ঙমজরক্লে, অহুবু লুবিবদি লাইরবা অসিনি ইচা ইশুশিং য়োকপা ঙম্নবা হোৎনবা বিষয়গী পোৎলুন খাংবা হোৎনরিবৈদা নোংম নোংমগী মতম হৌখিবনা অপাম্বা আশাহু পাঙথোকপা ইঙম ঙমদে। অশুম ভৌন লৈরকপদগী নোংমা ১৯৯৭ ইংগী চহি হৌগৎলকপা অহুরাইদা ঐগী লাইরিক উপু অহু হাংদোক্লুনা লাইরিকশিং অহু মথং মথং লোইসল্লুবদা ওঝানা ইবিরম্বা শ্রীগোবিন্দ লীলা-মৃত মৈতৈলোলদা হন্দোকপা লাইবিক অহু থেংনরুবদা লাই-রিক অহু পারগা ইতোমতা ইশাবু নিন্দা তৌহুনা কপচৈ। ঐনা মুকম মুরুম শোন্দুনা খঙহৌদনা হায়দোকখি— ঐগুম্বা পাংদবা মচা সেবোক চাম থনম্বনা ওঝা গুরুগী মগুণ ময়েং তানবনি করি কান্নগবনো অসুম্না ঐনা কপাখি। তশেংনমক মুমিৎ অতুদা কঙুবরা ঐগী আশাগী য়েন্নিং অহু ইনৌ-নৌনা চোংঙকখি। মুমিৎ অতুদগী লাইরবা অনংবা বিষয়গী মশক ওইবা পল অসি নমথেক্লুনা গুরু বাক্য ঙাক্লে হায়না থম্মোইগী সঙ্কল্প অমগা লোয়ননা তোল্লবা ঐনা গুরু বাক্য কোক্তা থোংজহুনা ওঝা ইবুংঙোগী শ্রীচরণবু মাংদা থমজহুনা ওঝানা থম্বীরম্বা মখা সর্গ ১৪ প্রেম বৈচিত্তদগী মৈতৈলোল পদ ময়েক ১৭ না শেমহুনা হন্দোকপা হোৎনজরি। ওঝানা শেম্মম্বদগী খাজক্তং তোপথোকচবা অমনা মখাদা মৈতৈলোল ব্যাখা খর খর য়াওজৈ। মসি নত্তবা অতোপ্পা ধর্ম্মশিংনা তাকপা

কলি কৌবা অমসু ইবা লোইগদৌরে কন্না হোৎনজরি। মসিদা নত্তনা অতৈ অতৈ ঐনা ওমজবা খংজবা মথৈ পুন্সি লৈরিবা মথৈ হোৎনজনিংবা আশা লৈজে। অহবু য়াম্না হেন্না লুরিবদি লাইরবা পৈশা লৈজদবা অসিনি। (দরিদ্র সর্ব্বশুন্য লাইবু লাইররবদি মাইকৈ পুম্নমক পুমহাং হাংডি লাইরবনা মাংবসি সংসাবদা মীচং লৈতে মরুপ লৈতে পাঙল শোল্লি হৌজিক্কী মতমদদি লাইবু লাইররবদি ফন অচুম্বা ওইতুনসু ব্রা ঙাংথোকচবা ফাওবা ওমদে মসিনি খ্বাইদগী মরুওইরিবা। মরম অসিনা লৈপাক মীয়ামগী ফনবত্তা খনবিরিবা লৈপাকী মপা মমা ওইবিত্নুনা অফ-ফত্ত ব্রায়েনবারিবা পুকচেল চাওরবা মণিপুর সরকার অমদি ধর্ম্মগী সংস্থানশিং গথোরিটি পুম্নমক্না থৌজালগী মিৎয়েংনা য়েংবীহুনা ঐখোয়গী লাইরিক থিবা হায়বা কলাবু মথৌ হাপ্লাত্নুনা অরাৎপা মেনখৎপিহুনা মণিপুর মীয়ামগী ফাফম ধর্ম্মগী ওইবা শক্তম শেম্বা য়াওহনবীয়ু হায়না মণিপুর লাইরিক থিবা হায়বা কলাশিংগী মহুৎশিনবা ওইনা ইয়াদা নাপী চিক্তুনা ইওক্তা ফি হাপ্তুনা হন্না হন্না খুরুমজরি।। ঐগী লেমহৌরিবা হিংজরিবা পুন্সি মথাক খরা অসি হেক ওম্মিবা মথৈ থরাই হকচাং মথাক থমদনা কলা অসিগী খুদোলবু ইরৈপাক্কীদমক সমাজদা কৎথোকচবা ওম্বা নিজ ইষ্টদেব শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভূগী শ্রীচরন্দা তোল্লবা ঐনা মতম খুদিংমক্তা নিজরি।। ইতি।

মীয়াম পুম্নমক্কী ননাই ওইজনিংবা
শ্রীঅথোকপম বিরবাবু সিংহ
লাইরিক হায়বা।

# প্যেরলাইশিস
## ( প্রকৃতি চিৎকিৎসা )

(অঙ্গ) প্যেরলাইসিস— খোঙ খুৎ চিংশন্দুনা হকচাং ভুঙথাই শিবদা লায়না অসিনা নাববদি— হকচাং চনবা হায়বদি কোক্তগীনা নিংজোল ফাঙবা চনবা খুদেং অনি তিন মনা অনিনা চনবীবো। মাস ঈশিং অইং অশা হিগা য়ৈরেনবা তিংনবান। নাবিবা মী অত্থুবু অহানবদা তঙ্গামথাও অশেংবা ফংত্রগা অচাথাঙ ওইরবস্থু য়াই। থাও অসিনা মশা পুম্নমক শিন্বা হুংনা মালিশ তৌবীগনি। ওয়বদি মালিশ থাঙ তৈবা মতমহুদা কোন্থোক কোনাশন শাম্নবিহুনা মরি মতাং শুবা হৈনা অমনা শুবিবা য়াম্না হেন্না কান্নগনি। মতু লোইরগা লৈঙোইগুম্বা লৈপাক থিৎলগা য়াম্না পেৎহনবদি নত্তুনা খিৎপাযু অহগা নাবিবা মী অত্থুগী মশা পুম্নমক স্বর হোনফমথক্তুং হোইল্লগা অতৈদি কোক ফাঙবা অমত্তু। হোহন্দনা পুং অমা চপ চানা লৈপাক মতুংদা ফুমহুনা থম্মু। ঈশিং অশাবা থাংবা ওম্বগী চাংদা ওসাইগী খুদেং অত্থুদা হৈরগা অনাবনা থাংবা হেক ওম্মিবমথৈ তিংউ। ওম্মক্তুবা মতমদা খুদেং অমত্থুদা অইংবা ঈশিংদা অমুক থাদহুনা তিংবীয়ু। হায়রিবশিং অসি মশা থুমহনগদবনি। ওম্মবদি অস্থুম তৌনা শিলোন শিঞ্জন অনিরক অহুম্নক তৌবীয়ু মসি হিগা য়ৈবনি। হায়রিবশিং অসি অয়ুক অঙনবদা তৌগদবনি।

অহুগা ফমুংদগী নুমিৎ থোকত্রিবৈঙদা হৌগৎলু হায়বদি য়াহৌ থেংবা য়াদে, মসিগী অনাবা আসদি য়াম্না ওনগনবা অনাবনি। তনবনা ঙমহনবা য়াদে। য়াহৌরনপগা অনাবদুনা চৎপা থর থর ঙম্বা তারবদি মচন ময়া শেংদোক্লগা এনেমা হেক হেক তৌবায়ূ এনেমাগী মওংদি অফবা অরুবা ঈশিং অহু মিনিৎ ৪/৫ ব্রোঙ ব্রোঙ শোহল্লগা থাংখদুনা ইংহল্লো, থুম অহু থুৎপিগা থুৎদোম্বীগা চপ্তুনা লৌরগা হাপ্পু হকচাংগী মনিলদগী খজিক্তং হেন্থন্না শারিবৈঙদা কাপকদবনি এনেমা মতৌদি লবর তোংজৈ ফুট ৩/৪ শাংবা অহুদা ঈশিং অহু অহানবদা থম্না হাঞ্জিল্লু অহুগা মচিন অমনা শোজ থোঙদা ইঞ্চি মখায়মুক্কা অন্দাজ তোংজৈ অহু থিংজিল্লগা মচিল অমতুনা ঈশিং পৌরা অহুমলোম হাপ্পা পাত্র অহুগী মন্থুংদা ঙসাই ঈশিং হানদুনা থম্মাবা মচিন অহু থাদরগা পাত্র অহু বাংনা থাঙ্গত্তুনা থম্মু ম.তানতা মরনাই থিরিল মন্থুংদা ঈশিং অহু লোইনা চংজখিবনি। মসি তুস তৌবা কৌই। মাসনা থিরিলনচিংবা নিংথিনা মখো তৌহল্লি, শেংদোকই। লোইরগা তিংথৌ মহি চা গিলাস অমদা অশেংবা খোইহি চা চামস অনি হাপ্লগা পিথকউ। অহুদগী অনাবনা ঙম্বা শাক্তগী মতুং ইন্না মখোঙনা চৎকদবনি। চাবদি—অনাবনা মমাই ওনদ্রিবা ফৎত্রিবা মথৈ চাক চাবা য়াদে। ঙম্মবদি প্রকৃতি অহার—মৈ চংদবা অশং-অমাল— অরাথবী, মঙ্গু, হঙ্গাম, কোবী, পিরুক, চুনচিংবা থোংদবা চেংনচিংবা মৈ চংদবা পোৎ চাবনা




খ্বাইদগী অথোইবনি। ওমদ্রগনা থাও য়াওদনা হৌবা তল অকংবা খুম মোয়োক য়াওদবা শিংজু চেংপাক কবোক লফোই শঙ্গোম মসি তঙাইফদ্রবদি চাগনি। ফোলা ওইনা তোৎলগা খোহিনা চুহিগী মহুৎ ওইগদবনি। মসিগী মনুংদা মরু ওইবা অমনা হৈনি, অনাবা অসিবু শেংদোক্নদবদি হৈমা মরু ওই। চম্প্রা, কোমলা কিহোম, কিসমিস, সেম মসিনি। চম্প্রা কোমলানচিংবা মহি শুম্বা য়াবমখৈ মহি লৌরগা খোইহি জুং য়েংনা হাপ্পগা পিথক্কনি। পিরুক মহিস্থু শুগায়হুনা শুম্নগা খোইহি হাপতুনা পিথক্কনি। মরুওইনা ঈশিং থক্কনি। থক্কদবা মওংদি য়াম্না নিংথিনা লুমথোক্লগা ঈশিং অহু ইংথহল্লগা থক্কনি। থকপস্থু ফমুংদা লৈরিবৈদা নোংঙাল্লমদাইদা থক্কদবনি লিটর অমদগী হৌনা থকউ নোংম নোংমগী খজিক খজিক হেন্না থকপা তম্বনা লিটর অহুম ফাওবা থকপা য়াই। হায়রিবসি অহিংদা থক্কদবনি। নোংঙাল্লমদাইদা থক্কনি। পুক কংথৎপা খৌরি চরম য়োবা ফাওবা ঈশিং থকপদা চিংনানিংঙাই ওইদে। মরমদি পুং অনিগী মনুংদা অমত্তা লেমহৌদনা মপান্দা লোইনা চৎখিগনি। ঈশিং থকপনা কান্নবদি—অদ্ধাঙ্গদা নত্তনা লোক হরা, অমাংবা য়ৈথৎপা মুংশং, শোরগী লায়না, মুং অশোবা মুংকুপ লৈবা চাবা তুমদবা চাকথাও ফত্তবা ফাওবা ফহনবা ঙম্মি। হকচাংগী মনুংদা লৈবা অমোৎপা পুম্নমক চামথোক্নুনা মপান্দা পুথোক্নুনা হকচাং মনুং মপাল তরু তরুহন্দুনা মীওইবগী পাঙ্গল পীবা

ওন্নী। অনাবদা তুম্বা মতমদা তৌগদবা শাক্লেন অমনা বোংকোংকুম্বা অপাবা ফী অত্থু ঈশিং তুমহথাক্লগা শুমদোক্লো অচোংপা ফী অমনা মশাগা তাইননা মশাদা মথোঙ মথুং লোয়না য়েংলো মখক্তনা পংথাদি থাদবা শামথু অমদবা শেংনা শুদোক্লগা মথক্তা ষেন্দজ য়েংপীয়ু অহিং অহিং তুম্বা মতমদা তৌগদবনি। নোং ঙাল্লগা লৌথোকউ। মবক মরক্তা ১০নি, ১৫নি মবক্তা হুনাং ঙাম্থোকপীয়ু। য়াম্না তোইনা তৌবদি য়াদে। তোইমল্লবদি পান্নলু শোম্মে। হৌমাং ঙানবদি হুংদাংদা ঙানগদবনি। মশা পুম্নমক হক্সাম থাওনা মালিশ তৌরগা রোংকোং অপাকা হকচাং পুম্নমক কুপ্পা থুংবা ফী অমা তুমথোক্লগা কংনা শুমদোক্লো অত্থুগা মশাগা তাইননা কুপ্লো মথক্তা কাম্বা, কমবলনচংবা ফী থানা কুপশিল্লো হুংশিং চংহনবা য়াদে মোল্ বাংনা থাংহল্লু মথাদি থবাক্তা মশাগী অশাবা স্বরনা য়ৈহল্লু। থোঙদাদি কেরোসিন তিন-গুম্বা অমদা ঈশিং অশাবা পোকদ্রা হায়বা য়োনা শাবা অত্থুদা থুবোম মথক ফাওবা থাদগনা তিংগদবনি মতুংস্থু ফৈজুপ অত্থুনা অত্থুন কুপকদবনি। ঈশিং মনিল অও মপান্দা থোকখিদনবা হোংনৌ। অমরাইদি ঈশিং অইংবা থুদে মচা অমা হক্তং হন্দা, লুপতুনা হুপ্পল্লু ইংহল্লু হুমাং থুনা নপ-খোকপিয়ু হক্তনকুনবা, য়াদে মশাত্থু য়াম্না ক্লোকথগনি। হৌমাং শৌবা কৌইরবা মতুংদা কোম্মা, চম্পা মহি খোইমহি চামফ অনা হাপ্লগা পিথকউ পোংথাহল্লু মশুম তৌনা লায়েংগনি।

মায়না, অসিদা মরুওইবা অমনা শাজেলনা হিদাক্তগী হেন্না মরুওই য়াম্না শান্নে। মতুঙদি যোগ তৌবা চংই। যোগ নিয়ম অসি ভগবান বাসুদেবনা অর্জ্জুনদা তাকপি। (তথাহি গীতায়াং)

নাত্যশ্নতোঽপি যোগোঽস্তি ন চৈকান্ত মনশ্নতঃ।
ন চাতি স্বপ্নশীলস্য জাগ্রতো নৈব চার্জ্জুন॥

হে অর্জ্জুন—যোগ হায়বসিদি য়াম্না পংচাদ চাবগা যোগ নত্তে। শুংচা চাদবনসু যোগ কৌদে শুকতুম তুমদবতনা যোগ ওইদে পংতুমদ তুম্বসু যোগ ওইদে। (তথাহি তত্রৈব)

যুক্তাহারবিহারস্য যুক্তচেষ্টস্য কর্ম্মসু।
যুক্তস্বপ্নাববোধস্য ভবতি দুঃখহা॥

তুম্বসু নিয়ম তৌবা, তুমদবা মতনসু নিয়ম তৌবা, চাবসু চাংতম্না নিয়ম তৌনা চাবা শান্নবসু নিয়ম তৌনা শান্নবা, থবক শুবা নবন পুম্নমক্তা নিয়ম নাইনা তৌববু অন্নাবা কোরবা যোগ সাধন কৌই।

হকচাংবু লায়না চংহন্দনা নাদ য়েক্তনা যোগগী পাম্বৈনা ঙাক শেন্দুনা শাজেল চৌইনা হিংবা ঙম্বা হায়বসি অত্মারাম মখল অমনি। দেহ বানা হায়গনি। হকচাংবু ফরবাদ চারুবা শুদিংমক ইহাও হাওই বুদ্ধি লৌশিং থোকই, ইমুংগী চাদিং হম্বহল্লি। লেপাক্তী ওইসংনু অচৌবা কান্নবা পী। চিঙ্গাক্তী মতুংইন্না খেৎনবা য়াখল, শাক্তগী মরমদা খাজক্তংগা নৈনজার। মহাদ শা, ঙা, য়েক্রুননচিংবা চাবদগী লাকপা ঈ, অমদি য়াখলগা, মনা মশাং উটৈ য়াহৈ শঙ্গোম খোইাহ মাস চাবদগী

ফংবা ব্রাখল ঈগা মওং খেৎনৈ। শা, ঙা, অপুম্ব অশাগী চিঙ্গাকপু তামসিক অহার কৌই—মসি চাবা মীদি য়াম্না ফিংঙি শাওগল্লি। মপাঙ্গল থুনা হন্থগল্লি পাপকী থবক তৌগল্লি। উহৈ ব্রাহৈ ঘী, খোইহি মনা মশীং চাবা মীদি সাত্বিক অহার কৌই। সাত্বিক অহারদি পুকচেল তপ্পী শাওগন্দে হিংসা পামদে। পুন্সি শাংই। সাত্বক্লা লুঃদা কল্লি। থম্বা ভশ্মী। তামস অহারদি তোঙদা কল্লি থম্বা শক্তি ব্রাংলি। মসিগী মবমদা— যৌগীক প্রকাশদগী প্রমান অমা থমজরি। মত্থদি কৈ অমগা যণ অমগা কবিমত্তা পিজদনা লাক্লত্নুনা ব্রাহল্লগা সাক্ষি য়েংবদা কৈনা হান্না মপাঙ্গল লোইগনি কৈত্নুনা শিগ্রবা মতুং মুমিৎ ৩নি ফাওবা যণদি হিংবা ঙমই হায়না প্রমান পী। মবম অসিনা মনা মশিং চাবনা অথোইবনি।

লাইরিক অসিগী ভূমিকাদা - ঙসি ঐনা হাপচবিবা লায়েংবগী নিয়োম খরা অসি ইশামক্তা নপ্পবা লায়নানি। ১৯৭৬ ইং ইশাগী চহি ৩৮ শুবকপদগী প্যেরলাইসিস নবা হৌই। ১৯৭৯ দগীদি লেং-ওৎপা ঙমদনা তান্থুনা শিব ঙাইবা তাখি। মতম অন্থুগী মমিং লৈরবা মণিপুরগী ডাক্তর কয়াদা লায়েংখি অত্থুবু কনাগুম্বা ডাক্তর অমত্তনা ফহনবা ঙমখিদে, অত্থুদগী ডিব্রুগর হোসপিটালদা থা অমা চুপনা সর্জ্জরি, মেডিসিন ডাক্তর অনিনা লায়েংবিখি। ফবগী মত্থুত্তা অনাবা হেঞ্জিল্লক্ত্নুনা মণিপুরদা য়ুমদা মৈতৈ মাইবা কয়ানা মা-মানা থংবা হিদাকী লায়েং মন্ত্রগী লায়েং কয়া হোৎনবী উপাই

নঙে। ফিবা ডাইথা ভাখি। সুমদোম্বা লৈবদগী খোংমা কান্নোমপোকপীদা লৈবা লোবোকথাইরম ইবোবী ঐগী খুথা অসিনা ঙীপ অমা পুরক্কুনা ঐবু ফিন্নাংথাং তান্না খুখিরক্কুনা শগোলশেম ইবোহল হায়রম্না মাইথা অমদা চুম্লিং ১৮ম্নি লায়েংঙবা মকুংদা ভোক্লপা—লোইতোংকম শবল্লো ফিয়াংথাং নাই মানংদা লৈবা পুকচেল চাওববা ঐগী ইয়াম্বা অসিনা মমল অমত্তা লৌদনা মথক্তা পঞ্জখিবা লাইয়েং অসিগী মওংদা চাং অমা চুপন্না লায়েংরীবুক্কুন্না ঙসি ফাওবা মীয়ামগী সেবা ফংজবিবা অসিনি। ময়ুম্নগী মপুক্কী ফাওবা থাদোক্কুনা মশাগী নবঙ্গ ফাওবা পুথোক্কুনা হোৎনবিরকপা অমনা সনসম ইবোচা ংগী ইনাগুনি। অনিগী ননবু ঐনা শিংবা মপোকসিদা ঙম্মবোই

## হৌজিক ফাওবা ঐনা শান্নজরিবা শাজেল

য়াহৌরকপদা—ফমুংদা লৈবিঙৈদা খোঙ খুৎ অসি য়েৎ ংবা খোঙ ৭ লক হন্না চিংশল্লগা তিংনা তিংনা কাওবা ওইস্নু অঙম ভৌনা কাওগনি। খুৎ অনিস্নু তিংনা তিংনা থুপচিল্লগা শনথোক্কনি। অতৈ যোগাসন হল্লাসন, সর্ব্বাঙ্গসন, সর্পাসন, ন্নুবাসন, মছেন্দ্রাসন, বদ্ধপদ্মাসন, সিংহসন, শবাসন অসিনচিংবা াসোল থর শান্নজরি। সুর্য্যনমস্কার আসন অসিনা হকচাংগী চেলহনবদা চাং নাইহনবা ঙম্মী। কোক ঙাওবা লৈনা ফহল্লি মসিদস্নু নত্তে। অতৈ খুৎ হায়ফুনা শান্নবা খ্বাং লৈফুনা শান্নবা

চোংহনা শান্নবা শাজেলশিং অসিনা ঐগোন্দা নায়ম্বা প্যেরলাই-সিস লায়না অচু মরু ফংনা ফুক্তোকপা ওনখি। ওসিদি লায়না অসি ঐগোন্দা মরিক অমা ফাওবা পক্তে। কনাগুম্বা লায়না অসিনা নবা য়াওরবদি অমুক্তং থব্রাই য়াওনা য়েংবিনবগীদমক ঐনা লাইরিক অসিগী ভূমিকাদা হাপ্তুনা লাওথোকচরি।।

শ্রীঅথোকপম বিরবাবু সিংহ
শিনফম লাইরিক হায়বা
লৈফম—ইথাই খুনৌ অথোকপম লৈকাই

# হীরম খুদিং হন্না য়েংহৌসি

## মণিপুরদা লাইরিক থিবা হায়বা হৌদোকপিরম্বা

শ্রীল শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর (ভাগ্যচন্দ্র) (কার্ত্তা) চিংথংখোম্বা শকাব্দ ১৬৪৩ দা পোকই। মহারাজনা শকাব্দ ১৬৯৬ তা কন্যা চীংদগী থৈবোং ফুকউরগা শ্রীগোবিন্দগী কৃপা বাক্যামৃত মতুং ইন্না শকাব্দ ১৬৯৮ দা লাংথবালদা রাজভবন ওইরিঙৈদা রাস মণ্ডল শেমহনা হিয়াঙ্গৈ থা শুক্লা দ্বাদশী ১২নি পানবা ইরাই সুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক সেবা ওই। শকাব্দ ১৭১৬ ফাইরেল থাগী ৫নি পানবা শ্রীপঞ্চমী তিথিদা শ্রীগোবিন্দগী মাণ মন্দিরদা লাইরিক থিবা হায়বা অনি ব্যাস অসোলদা ওই-য়েং ফমহনা অমনা ময়েক থিরগা অমনা মৈতৈলোলদা হন্দোক্‌না লাইরিক থিবা হায়বা হায়না মীথখোলব্বা কলা সঙ্কীর্ত্তন অসি হৌদোকপিরম্মী। লাইরিক থিবা হৌদোক-পিরম্বা ওঝা শ্রীখুল্লাকপম দামুসিং—হায়বা হৌদোকপিরম্বা ওঝানা পুরুষম চাওবা সিং ওঝা অনি অসিনা থিবা হায়বা সঙ্কীর্ত্তন অসি হৌদোকপিরম্বনি। ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র অসিদি অচম্বা নিংথৌ নত্তে রাজ ঋষি ভক্তরাজ হায়না উপাধি ফংবা

নিংথৌনি মণিপুর সনা লৈপাক্কী প্রজা মীয়ামবু মান্নবা রাখল্লোল অমত্তা খুম্লিকপা ওন্নরা নিংথৌ মন্ত্রি রাজ সভাগী পণ্ডিতশিং অঙম অথৌ প্রজা মীয়ামদগীসু অখং অছৈ কয়াগা লোয়ননা পুন্না খন্ন-নৈনতুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী কৃপাগা লোয়ননা পুথোক-খিবা পৃথিবী শানথুংনা শন্দোকপা য়াবা দেশাচার ওইনা শেক্তারক্কা খুমিং-থামা পাল্লিবা মথৈ সুকমাং মায়ৌরোইদবা কলা মখল অমনি। মসিগী শন্দোকপা মুংগী রাহস্বোক্তি মথাদা কোন্না ইজরক্কে। ভক্তরাজ রাজ ঋষি সংসারদা চহি ৭৭ হুফু-তরাতরেং চুপ্পনা ভাগবত ধর্ম্ম প্রচার তৌবিতুনা মণিপুরদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী সখা ওইতুনা প্রেম ভক্তিগী লংলবা পাম্বী থাবিরম্লগা শকাব্দ ১৭২০ মেরা পানবংলকপা তুম্নি পানবা মঙ্গালগী পক্ষ ওইবা তিথিদা লিন্থী ফংতুনা লীলা হঙ্গনখি।

( লাইরিক থিবা হায়বগী চৎনবা নিয়ম )

লাইরিক থিবা হায়বা ঐখোয়না থংনরিবা অসিনি ব্যাস অপোলপা য়েং থংবদা কমতুনা অমাংদা লাইরিক থমতুনা রাপ তৌবা মথং মনাও কাইদনা পুং খুদিংগী শৈরেং নৌমা পান্দুনা থিবা অমনু লাইরিক থিবা কৌই। অদুগা লাইরিক হায়বগী হায়বদি—আমার অলোকগী ওইদা কমতুনা শিরকইবা মরুপগী অর্থ অমনু থোকহনবা লোয়নবা অকোনবা অহানবা

ভা'বাক্তা মৈতৈলোল্না তাহনবা অতুবুনি। কলা অসিগী চৎনরকপা নিয়ম খরা লৈজে। মতুদি মঙ্গলাচরন্না হৌবা হায়বদি—(বন্দে) হায়বনচিংবা হ্রাহৈনা শৈহো ওইনা খঞ্জী-রঞ্জী ওঝাশিংনা। মথংদা মালব রাগনা শৈহো ওইনা পদ অহুন্দা হ্রাগ পান্নুনা থিবা-হায়বা অনি অন্নাই অথুম তাল চানা চৎমিন্নবা অসি লাইহ্রিক থিবা-হায়বা সঙ্কীর্তন অসিগী নিয়মনি। শ্রীখোয়গী লাইরিক থিবা-হায়বা সঙ্কীর্ত্তন অসিগীসু রাগ পুরুষ তরুক—রাগিনী তত্ত্ব কুল্লাতরুক শাস্ত্রগী মত লৈজে। মালব রাগ— শ্রীমহেশ্বর মাগী রাগিনীনা— ধানসী, মানসী, রামকেরী সিন্ধুরা, আসাবরী, ভৈরবী ৬ সিনি মল্লার রাগ— শ্রীকর্নার্নবশায়ী ভগবান্নি। — মাগী রাগিনীনা— বেলাবনী, প্রবরা (পূববী) কানড়া, মাধবী, কোড়া, কেদারিকা ৬ অসিনি।। শ্রীরাগ—শ্রীক্ষীরোদকশায়ী ভগবান্নি। —মাগী রাগিনীনা— বেলোয়ারী, গৌরী. গান্ধারী, শুভাগা, কৌমারী, বৈরাগী ৬ অসিনি। বসন্তরাগ— শ্রীগর্ভোদকশায়ী নরান্নি। —মাগী রাগিনীনা— তোড়ী, পঞ্চমী, ললিত, পঠমঞ্জরী, গুর্জ্জরী, বিভাষা ৬ অসিনি। হিল্লোলরাগ - শ্রীপরব্যোমনাথ ভগবান্নি। মাগী রাগিনীমা—মায়রা, দীপিকা, দেশকারী, পাহিরা, বরাড়ী, মার-হাটী, ৬ অসিনি। কর্নাটকরাগ—শ্রীদ্বারিকানাথ ভগবান্নি। মাগী রাগিনীনা নাটিকা, ভূপালী, রামকেলী গড়া, কামোদ: কল্যানী ৬ অসিনি। মালবকী—সখা—ছহি—বাইম—পরিঘুছ। মল্লারগী — সখা—কথা—বাইম্না—ভাটিয়ানি। শ্রীরাগগী—সখা—কুম্ভ-

শীতল—বাহন—পৌণ্ডাটিয়া হিল্লোলগী সখা—রঙ্গদা—বাহন্না পদছন্দ। কর্নাটকী সখা—কুহু অরৈবী বাহন-খোম্থিম। ধানসীগী সখী—তমালস্কন্ধ, বাহন, তোটক। কেদারগী সখী—একাবলিহার, বাহন, তোটক। শুভাগগী সখী—রঙ্গাক্ষী, বাহন, এম্নী। তোরীগী সখী—সারঙ্গিকা, বাহন, দীর্ঘললিত। মন্টরীগী সখী—স্বাধীন, বাহন, জলকেলী। কামোদকী সখী—রূপক, বাহন, বিজয়। অসুম তৌনা রাগ অমদি রাগনী, সখা, সখী, বাহন মসিদা নত্তনা মুমিৎ চয়োল ৭ পুবা রাগগী মশক মমিং লোয়না লৈ।

( লাইরিক থীবগী মঃমদা )

মথক্কী নিয়মশিং অসি লৈবনা—অহানবদা লাইরিক থীবা কলাগী মরমদা হান্না নৈনবা তাই। নৈনফম থোকই। মহুদি—কনাগুম্বা লাইরিকথীবা কলাকার অত্তুনা ঐ খোল কৈ তৌবা ঙম্মি খন্দুনা পদগী রাংমা লাম্থোক্নুনা মমাংদা থারিবা লাই-রিকপু থওইদবা হায়বসি শ্রীকৃষ্ণদা লংজরবনি। মহুগী মরম অমা পিজগে, শ্রীভাগবত—চৈতন্য চরিতামৃতনচিংবা লাইরিক ভক্তি গ্রন্থসিং অসি শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ ভগবানগী মশামক্কি হায়রি। মরম অসিমক্কা লাইরিক্কী পদ থাদোক্নুনা মবুকথোক্কা শেম শাহুনা পুংখীদা থীরবদি অঙ্গ তঙ্গ ওইরে। রস কায়রকপগী দোবনা শ্রীগুরুদন্সু লংজরে। তারিবা ভাবোক বৈষ্ণব বৈষ্ণবী

পুম্নমকপুম্নু মানা উদবনি। হন্বনা য়েংবনি। ওঝাশিংনা থম্বীবশিংবা রাগ, রাগিনী পবিং-পথাপ য়াওদনা মশাগী তৌবা ঙম্বা উত্নুনা বিষয়গী ভাক্তা য়েংহনা লাইরিক থীববদি মহাকপু কলাকার কৌরোই। তারিবা ভাবোক ফাওবা মাংনবগী মশাক্তি। কলাকার অতুনা মাংহল্লবনি। নোরোক তানবগী মশাক্তি। ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা কলাবু মাংনবা শিনবনি থনবায়ু মসিগী মতুংদা ঐখোয়না খঙবা য়াবা অমত্তং লৈ। মত্তুদি পদাদ কায়হন্দনা অতোপ্পা কলাদগী খোম্থোক স্নুর লৌশিন্দুনা হাপ্পা মথৌদি থোইনা কাইদে খঙ্গে মরমাদ স্নুর অমস্নুং খোম্থোক হায়বাসিদি কলা খুদিংমক লৌইনা লৌনবা ঙাক্তনি, কায়দে খঙ্গে। মরম আসনা হৌজিক হৌজিক কলা অসিদা থরাই য়াওনা পাম্না খোঙদাবিরিবা লাইরিক থীবরিব। ওঝাশিং ইচন ইনাওশিংনা ইশা ইশাগী ওইনা অমুক্তং মুন্না থম্বিতুনা ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা কলাগী পুকৈবু ময়েং তাদনবা থিজিল তমাজনবিতুনা হোৎনহৌবা মতম চারে। ঐখোয় পুম্নমক লিচিং অমত্তা ওইনা পুন্না হোৎনহৌবাস হায়জবগা লোয়নননা ওঝাশিংগী মফমদা পাত্রবা ঐনা থুরুমজরি।

## ( লাইরিক হায়বা )

মথং অসি লাইরিক হায়বগী মরমদা অমুক নৈনরসি। লাইরিক থীবদগী লাইরিক হায়বনা অমুক হেন্না থোইনা মরুওই লুই হায়জনিংই। মরম অসিনা য়াম্না চেকশিনফব থোকই।

মবমদি— মৈতৈলোল ইবোন্দা থীবকইবা পদ অতুগী অর্থ হন্দোক্তুনা মন্নুংগী রস পুংথোক্নুনা ডাংবা ভাবোঙ্গী পুক্নিং চিংশিন্দুনা খঙহনবা হায়না অসি ইবাই লাইবা ব্রাফম নত্তে। কলাকাব অসিদা লুরিবা অমনা শোল্লিবা লাইবিক অতুগী অর্থ খংদবা য়াদে অর্গ খংবা ভাক্তনস্সু য়াদে। অর্থতুগী রস অতুস্সু খংনবা হোৎনবা তাই। ব্রাহৈ অতুগী অলঙ্কাব খঙৎস্সু দাবকানি। মবম অমনা থিবা-হায়বা অনি চৎমিন্নবগী তাল লাইবা য়াদে। তাল, কায়, পরিং শৈশহায়, ছন্দগী শৈশায়, খোনথোক খোন্থা অনেম-অব্রাং রস দীর্ঘ প্লুত লাইবিক্তুনা তাকপা রস পুন্নমক অতু শুপ্নতগী মাই, মিৎ, ব্রাডাং ব্রাঙা খোনথোক্তনা অভিনয় উত্তুনা তারিবা ভাবোক্তা রস পীগদবান। ফোঙদোক্কদবান। মবম অমনা ঐখোয়গী কলা অসিদি পুং, ইশৈ জগোয় অতৈ অতৈ মথুৎনা যন্ত্র পাইবগা শক শোলবা কলা অতু নত্তে। শুপ্নতগী ব্যাস আশোলদা য়েৎ-ওই অনি ফমতুনা শক শোলবনি। খুত্তং থিলবা ফাওবা হেন্দোক্না থিলবা য়াদে। মিৎ ফাওবা ব্রাংমা লান্না য়েংফদে। কয়াদ লুপ্রবনো? মসিগী মন্নুংদা গুরু শিষ্য ব্যবহাব ব্রাহৈগী ব্যবহাব মসিনচিংবা মথক্তা পনখিবা গুণ ময়াম অসি লৈগদবনি। মরম অসিনা লাইরিক থীবদগী লাইবিক হায়বনা মরুওই লুই হায়জবান। মরম অসিনা ঐখোয়গা লাইরিক থীবা-হায়বা কলাকার মণিপুরদা লৈরিবা ঐখোয় পুন্নমক পুনশিন্দুনা তুংগী ওইনা লৈহৌনবা হোৎনহৌর্রসি ইরম্নাইগা ওইবা সেন্দাল লম্বী ওইনা উবা থাদোকর্সি।।

## (মণিপুরদা চৎনরিবা তানরিবা লাইরিকশিং)

শ্রীমৎ ভাগবত। মহাভারত। রামায়ন। শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃত। শ্রীচৈতন্যভাগবত। চৈতন্য মঙ্গল। শ্রীগোবিন্দ-লীলামৃত। শ্রীবৃন্দাবন লীলামৃত। প্রেমবিলাস। ললিত-মাধব। বিদগ্ধমাধব। রাধামাধব। অশ্বমেধ। লক্ষ্মনদিগ্বিজয়। বলদেব। জগনাথ মহৈতোম। উৎকলখণ্ড। শ্রীগীতগোবিন্দ। বংশীশিক্ষা। ভগবতগীতা। বায়ুপুরাণ। বিজয় পঞ্চালি। কৃষ্ণকর্ণামৃত। গৌরাঙ্গলিলামৃত। শানিপঞ্চলী। লম্না চরিৎ। মসিদগী নত্তে অতৈ অতৈ গোস্বামীশিংনা থম্মারম্বা লাইরিকশিং পুরাণ কয়া অমা নৌবি মশাং লোইনা থাজবা ঙম্মরোই ॥

## (লাইরিকশিং অসিনা মীয়ামদা পীবা কান্নবা)

মথক্তা মশীং থাজরিবা সাস্ত্রশিংসিনা মাওইবদা তাকপী-রিবা পাওতাক মপৈ অসি ঙসি ফাওবা নৈনরুবদা লোইবা নাইদে। মথবু থিরুরবাদ মী মী অতুগী অপাম্বা লম্বা অতু শোইদনা ফংগান। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা য়াওবিবা অথ রস মুংগী ওইবা ৱারী পুম্নমক অসি মণিপুবগী লাইরক থীবা-হায়বা কনাকারাশিংনা ফোঙদোক্নুনা মীয়ামদা খঙহল্লি। অহুমু লুৱিবাদ হৌজিকী সমাজসিদা কনা কনাগুম্বনা ঙাংন শান্নবদগী তাজবা ৱারা কয়া লৈ। মহুদি—কনাগুম্বা মী-ওইনমু নিন্দা তৌনা ঙাংনবা ময়াওই। অসুম্না থায়ন-থায়নগী

মল্লবা ব্রামল অসি তাবগা কবিবু কান্নবনো মথৌদি তৌগে হায়দদনা অসুম্না চৈবস্থ যাওই। নাম তাবা ব্রাবা লাইবিক তাবা হায়বসিদি অহল ওইবক্লবদি নথৌ লোম্মে তাবো অসুম্না হায়নবসু ময়াওই। মথক্কী ব্রাহৈ অনি অসিগী পাও-খুম ওইনা ব্রাহন্দোক অমত্তং পীজরি। মতুদি মীওইবা খুদিংমক পোকপদগীনা হেক শিবা ফাওবদা লম্বী মথল অনি খওফম থোকই। লম্বা অনি অতুদি তিনিতৈদা চৎনবা অমা শিবগা চৎলুগদবা লম্বী অমা অর্সানি। মতাং অসদা ব্রাব মচা অমত্তা লিজহৌখিগে—শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা বৃন্দাবন লেংওকপদা মথুরাদা কেশবগী মান্দর চংওনপদা বৈষ্ণব ব্রাহ্মন অমা থেংনৈ মপু মনাই কোন্নতুনা নাম শোনানৈ লেপ তৌই। জ্ঞান তানববা মতমদা পাবচয হংনবদা ব্রাহ্মন অহল অতু শ্রীমাধবেন্দ্র গুরুদেবগী সেবক ওইবম্মে। মহাপ্রভুসু মাধবেন্দ্র পুরীগী সম্বন্ধানি। ঈশ্বরপুরীগী সেবোক্নি। মপু মনাই হংনবদা গুরু সম্বান্ধ ওইবমতুনা য়াম্না নুংশিনবে মহৈ মহৈ নুংঙাইনরে। ব্রাহ্মন্দুনা ইবুংঙোবু ভিক্ষ্যা বার্তোন কত্তুনা মাগী মযুমদা লেংশনবী। আশোলদা লেওশনবীতুনা পোৎথাক। ব্রাহ্মন্দুনা প্রভুগী সেবা তুং ইল্লনইবা বলভদ্র ভট্টাচার্যদো লুক হৌবিনবা থৌবাং তৌবাযু হায়বকই। অতু তাবদা মহাপ্রভুনা বৈষ্ণবনা অতুম হৌবিযু। অশুম্না তাকপিবক্লবদা ব্রাহ্মন্না হায়জে ননাই ঐদি সনোড়িয়া ব্রাহ্মন্নি অতৈ ব্রাহ্মনশিংনা ঐবু অতোনবা জাতিনি হায়তুনা ঐগী খুৎ লৌবাদে। মসিদা

সন্যাসীসু ওইবা সংকুল্লদগীসু হৌবকপা ইবুংঙোনা অতোলবা ঐগী ইথুং কমদোনা লৌবিগদগে নোক্কা ইবুংঙোবু নিন্দা তৌনগনি। মঃ ননাই ঐ তাবা ঙমজবোই থুম্মি। মতম অদুদা শ্রীমহাপ্রভুনা প্রমান অমা পিদুনা তাকপিবগা মনাই ব্রাহ্মনগী খুৎ চাবিখি। যথা= ভগবদগীতা ৩ অং ২১ শুবা য়েংক্কা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা তাকপিখি। যদযদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেবেতরো জনঃ। স যৎ প্রমাণং কুরুতে লোকস্তদনু বর্ত্ততে।। অস্যাথ মথক্কা তৌখিবা মহাপুরুষ ওইবা গুরুজন্না চংলম্বা লম্বী অদুমক মথাদা হৌবনপা লোকশিংনা চংকনি। মহাপুরুষনা পীবম্বা প্রমান অ,মক মথা মথাদা লাকপা লোক-শিং অদুনা তুংইন্না চৌগদবা ওই। অমুকসু মথাদা প্রমান ওইবা য়াবী অমসু লাকপি। মহাভরত বনপর্ব্বগী মনুংদা নোংমা যম নিংথৌনা ময়াগী ফজবরা পুখ্রি অমা শেমদুনা পঞ্চ পাণ্ডোপ মচিন মনাও মভাবু দ্রৌপদিসু য়াওনা য়াহং মরি হংদুনা ধর্ম্মগী পরিক্ষ্যা অমা লৌখি। অতে মনাও মবি দ্রোপদিসু পাণ্ডখুম অদু পীবা ঙমখিদে। যুধিষ্ঠিরনা পাণ্ডখুন পীদুনা মনাও মবি দ্রোপদিবু হিংহনাখ বর ফংখি। যম্না হ খিবা য়াহং মরিগী মনুংদা লম্বা কদাইবু কৌবগে হায়বা য়াহংগী পাণ্ডখুম্মি মথাদা পীরিবা আসনি।

তথাহি ভারত বন পর্ব্বে—

তর্কোহপ্রতিষ্ঠঃ শ্রুতয়ো ভিন্না, নাসাবৃষির্যস্য মতং ন ভিন্নম্।
ধর্ম্মস্য তত্ত্বং নিহিতং গুহায়াং, মহাজনা যেন গত স পন্থাঃ।।

অস্বার্থ যথা তর্ক শাস্ত্রনা তাকপস্মু অবেপ্পা নত্তে, শ্রুতিনা তাকপস্মু তোংঙাল তোঙানবনি, ঋষিশিংগী মচংস্মু তোপ্পবা নত্তে, মাগী মাগী মোংফনি। লম্বা অবেপ্পদি ধর্ম্মগী লেঙ্গদবা তত্ত্ববু থম্মোয়দা হাপ্পুনা মহাপুরুষশিংনা চংখিবা অদুবু লেঙ্গদবা লম্বী কৌই। অস্সুম্না খুমখি। মরম অসি নৌবনা অহানবদা ঐখোয়না চংলিবা লম্বা হায়বদ মপানথোঙদা চংনবিবা লমচং ব্যবহার রাঙাং রাতা তৌবীমল খঙবা মী-মুংশি চাকচা ইথক মাসনচিংবা আসরু লম্বী অমনি হায়না খঙমগনি। মথংগী আনগুবা লম্বা অসিমদি মুংগী ওইবা রাইন্দোক চংই মসিদি ঐ কনানো, কদাইদগী হৌবকপনো, ঐ কৈদৌবা লাকপনো? ঐনা ঐগী লমথুংফম যৌনবা কনগৌন লম্বী শেমহৌগদগে? হায়বা লম্বী থিজহৌববুনি। হায়রিবা লম্বাশিং অসি মথক্তা মশীং থাজখিবা লাইবিনশিং অমসনা লোইনা তাকপীবি। মসিবু রামন্নি হায়সিবা? মথংদা অহল ওইরে, রাবা লাইবিক নাম তাবা হায়বসিগী মরমদা হন্দোকচবি। অহল ওইবনা নাম তাবা হায়বাস চুম্মি অবানবদি নত্তে তাগদবনাক্ল। অদুবু ঐনা খঙ্গবগাদ য়াম্না ওন্নে। লাইবিক তাবাদ নহা ওইবাশিংনা তাবনা মরু ওই তাঙ্গমগদবমাক্ল। য়োৎপু শারিবৈঙেদা শেম্লিংবা শানিবা মঙং শেমহৌবগুম্না অঙাং ওইরিবৈঙ নৌবিবৈঙদা রারা লাইবিক তাহন্দুনা লমচং শাজৎ শেমহৌবা হায়বাস দরকারনি।।

## লাইরিক থীবা-হায়বনা ফোঙদোকপা কান্নবা ঃ

লাইরিক থীবা-হায়বা কলা অসিদি ধর্ম্ম। অমসুং ভক্তি-খক্কগী শেমখিবা নত্তে, মসিবু শকই-শোল্লিবা ঐখোয়নসু শেন্দাল লম্বী ওইনা উবসু য়াম্মা লালগনি, কলা অসিদি মণিপুরেশ্বর-রাজঋষি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুর সনা লৈপাক অসিগী অশেংবা শক্তম অমা শেম্বদা মতেং পাংনবগীদমক মতমতুগী অখণ্ড অহৈ পণ্ডিৎশিং রাজনিতিগী কাংলোন খঙ-হৈরবা অঙল অথৌ প্রজা মীয়াম পুন্না তান্নতুনা শেমুম্বা কলানি হায়বদা লাল্লোই। কলাসিগী মুংগী য়াহন্দোক্লা তাক্লি। কলা আসদি মণিপুরখক্কগী নত্তনা পৃথিবীদা লৈরিবা জাতি পুম্নমক্লা লৌনবা য়াই। মসি হায়বদা হায়মনবা থোক্লগদ্রা? মসিগী মবর অমা পাজববদা— মথক্তা মমিং পনখিবা লাইরিকশিং অসিদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোকুল মরি ভক্তিগী ওইবা লম্বী, মসিদা নত্তনা বাজনীতি, অর্থনীতি অসিনাচিংবা হিরম খুদিং লম্বী খুদিংমক য়াওদবা লৈতে, নৈনরুবা থিরুবা খুদিংমক লোয়না ফংই। মতুগী শাথিদি—মহাভারত অসি মগুণ লৈ-ববা মহা পুরান্নি। মহাভারতপু নিংথিনা মমুৎ তানা নৈনতুনা থিজিল্লবদা লৈঙাকলোল রাজনীতি খঙবা ঙম্মী। ধর্ম্মগী লম্বী ওইনা য়েংলুবদসু লোইনা য়াওই। রমায়নসু মতু মণ্ডাই। ভগবতগীতানা লম্বী কয়া খায়না তাক্লি। মীওইবনা তৌগদবা মথৌ, ভক্তি, জ্ঞান, কর্ম্ম যোগ পুম্নমক লোইনা শুনা তাকই। গীতানা তাকইবা লম্বী পুম্নমক অসি জাতি

অমখক্তগী ওইনা তাকপা নত্তে মীওইবা পুম্নমক্কী ফনবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখদগী পুথোকপিবা শ্রীমুখগী পাওতাক খন্দোকপা ছন্দোকপা য়াত্রবা ডাক্তনি। মুনি ঋষি কয়ানা লাই ফাওবনা গীতাগী অর্থবু নৈনহুনা খিনরি। ওসি ফাত্তবা ওমথৈ য়োৌবা ওমত্রি। মবন অসিনা হাও, ময়াং, নৈতৈ, পাঙল করম্বা জাতিনা গীতাগী পাওতাকপু লৌবোইদবা য়ানিংলোইদবা কনা য়াওবগে? শ্রীমদ্ভাগবত অসি চাওরবা মহা পুরাণ অমনি। পৃথিবীদা লৈবা পোৎ মরমশুনা থোকপা ফংবা খ্বাইদগী চাওবা কৈথেন অমনি। মসিগী প্রমাণদি সৃষ্টিজগৎ অসিগী হৌরকপগী মরম, সংসার অসি কমদৌনা ওইরকপানা হায়রবা গ্রহ মপৈ[2] মশীং থিওমদনা লৈবিবা দেবতা লাইশিংগী হৌরকফম মীওইবগী হৌরকফম হিংচাবশিংগী হৌরকফম গন্ধর্ব, কিন্নর, ভূৎ, প্রেত, শা, উচেক, ঙিল, কাং, স্থাবর, জঙ্গম অচৎ চত্তা জীব লক্ষ্য মরিফু মরিগী হৌরকফম পুম্নমক ভাগবত মহাপুরাণঅসিনা লোইনা তাকই। হৌখ্রবা সৃষ্টি মনাংগী য়ারী অরোইবা প্রলয়গী মরম পুম্নমক লোইনা তাকই। ভাগবত মহা পুরাণ অসিদি সৃষ্টিগী প্রথমদা ভগবান্না ব্রহ্মাদা (চতুশ্লোক) শ্লোক ৪ তম্বীখি। ব্রহ্মানা নারদদা তাকই নারদদগী বেদ ব্যাসনা তমখি। ব্যাসনা (ঋক্) মন্ত্রগী মশক ওইবা অষ্টুদগী জীবনা খণ্ডিনবগীদমক শ্লোক ওইনা হন্দোকপিরম্বনি অদুনা ভগবতপু মহাপুরাণ কৌই। ভাগবত অসিদি শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গমনি। শ্রীচৈতনা চরিতামৃত, শ্রীচৈতন্য ভাগবত অসিনচিংবা অতৈ অতৈ লাইরিকশিং

অসিদগু মীওইবনা চৎকদবা লমচৎ-শাজং ব্যবহার, ভক্তি, রাঙাং-রাতা, জীবদ্ নুংশিখডবা, অথাং কনবা, পেন্থোকপা ওন্বা, কখোকপা, মাগী মবাল ওাকপিহৈবা, ঐ ইশাবু খণ্ডজবা ওন্বা, ঈশ্বরবু নুংশিবা ওমজবা মশক খণ্ডজবা ইরৈপাক নীংবা মথৌনা মবিংজেল শিজিন্নফম লম্বী খংবা মসিনচিংবা পুন্নমক মচা তানা লোইনা গুনা তাকই। মথক্তা হায়জরিবা লাই-বিরুশিং আসগী নুংগী অর্থ পুন্নমক অসি মণিপুরগী লাইরিক থীবা হায়বা কলাকাবশিংনা সমাজদা লোইনা ফোঙদোকনা ওাহল্লি। মীয়ামগী মফমদা কান্নবা পীরি।

## ( ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী গুণ থরা লৌখৎচরি )

তুংগী লাক্কদবা উবা মীবু অশিংবা জ্ঞান লৈবা মীনি হায়না ঐথোয়না খণ্ডৈ। মবম অসিনা রাজঋষি কার্ত্তা মহাবাজ অসি জ্ঞান লৈবা নিংথৌনি।

( তথাহি-লঘুভাগবতামৃত পূর্ব খণ্ডে )

জ্ঞান শক্ত্যাদি কলয়া যত্রাবিষ্টো অনাৰ্দ্দনঃ।
তয়াবেশা নিগদ্যন্তে জীবা এব মহোত্তমঃ ।।

হেক্তা খণ্ডবা ওন্বা জ্ঞান অমদি ইশ্বায়না ওন্নদবা থৌরমবু ইলাই লাইনা পাওথোকপা ওন্বা মীওইরবস্থু মীরক্তগী থোয়দোক

হেন্দোকপা মী অদুবু ভগবানগী আবেশ শক্তি কৌই। শ্রী-যুক্ত-মণিপুরেশ্বর কার্ত্তা মহারাজ অসিদি অচম্বা নত্তে। গোবিন্দ ভক্ত-রাজঋষি হায়বা উপাধি ফংবা শ্রীগোবিন্দগা লোয়ননা মণিপুরদা ভক্তগা মশক ওইনা অবতার তৌরবপনি হায়বা মত পীনরি। মরম অসিনা ভাগচন্দ্র নিংথৌদি ভগবানগী আবেশ শক্তিমক্তি হায়বদা লাল্লোই। তুংগী ওইরক্কদবা খঙবা ঙম্বা নিংথৌনি। কবি করম তৌবগা মণিপুর সনা লৈপাকপু মান্নবা থুন্নাই অমা ওইহনবা ঙমগদগে হায়বা খঙবা ঙমখি। লৈপাক অমদা লৈরিবা মীয়াম পুম্নমকপু লৌচিং অমত্তদা চপ মান্ননা পুশিল্লকপা হায়বা রাকম অসি অবাইবা থবক নত্তে। মপান্দা পংলাওদা লাওবা খবর কাগজদা চেফোঙদা পংইদা ইবা পংচৈদা চৈবনস্থু থিওরী ওইনা পংতাক তাকপনস্থু মান্নবা লৈপাক অমা শেম্বা য়ুঙম ঙম্মোই। অহিংসা, সত্য, ধর্ম্ম, ভক্তি প্রেমতনা সংসার পুম্বা জয় তৌবা ঙমগনি হায়বা অসি কর্ত্তানা থংখি।

## ( থুৎলাইগা ন্নুংশিবগা খেন্নবা )

মীওইবগী থশ্মোয় অমদি অম্মাবু—নোংমৈ গুলি, থাংতানচিংবা থুৎলাইনা মরম ওইবা পাশবিক শক্তিনা খুহুম চনবা ঙম্বা হায়বা রাকম অসি হুমিৎ থানা পাল্লিবমখৈ ওইথোক্ক-রোইদবা রাকম্নি। মমাংদগী হৌনা ঐখোয় খুদিংমক্না তাহুনা উহনত্তা লাক্লবনি। মহত্মা ওইবা পণ্ডিতশিংনা মপাম্মোংগী মাঙবা নাইবা হকচাংবু য়েংদে হায়বদি অরেপ্পা ওইনা উদে।

অম্মাবু ওইনা উই। নোংমদি মশা মথন্তা মাংজখিগদবা লৈরবা হকচাংমু ঐনা ঐগী খুৎলাইগী শক্তি শিজিন্নদুনা মাবু ঐনা ওম্মবান খল্লিবা কলক পেদুনা হুরাওজরিবা ঐগী ৱাখল অসি চম্মিত্রা? খন্নফম থোকই। চুমদে মহুদি অম্মাবু মশক খঙদবা মাগী ৱাখল্লি। মুন্না খল্লুরবদি ইকাইফম থোকই পাংদবগী ৱাখল্লি ইকাইদবরা? মরমদি ঐনা ওম্মবান খঙউরিবা হকচাং অসিদি মতম খরতগী ওইনা লৈরম্বা ঐনা হাৎলুদ্রবমু নোংমা মথনাই মতোমতা মাওজখ্রগদবা অরেপ্পা লৈতবা পোৎশক্তি অঙুবু ঐনা খন্নবা লৈতংখৈ ঙাইওমদনা করিগীদমক পাপ লংশিন্দুনা মাও তাক্লবগী মশক ওইবা হিংসাগী খুৎলাই শিজিন্নদুনা হাৎলুরিবনো? মহুদি মপান্দা ওম্বা মানবনি তশেংনা ওম্বদি নত্তে। ঐনা ওংম্ব মায় পাকএ খঙগদবদি—মীওইবগী লম হেল্লবা থম্মোয়বু খুৎলাই য়াওদবা জ্ঞানগী পাম্বৈ শিজিন্ন-দুনা অম্মাদগী থোক্লকপা শেংলবা মান্নুংশি প্রেম্মা য়েক্লবগী থম্মোয় অমদি অম্নাবু অমত্তা ওইবা মতৌ তাক্নুনা ভাব তাহনবা ওম্বা চিংশিনবা ওম্ববু ঐনা ওম্বা মায় পাক্লে হায়বা য়াই। জ্ঞান অমদি মুংশিবা প্রেম্না চপ মান্নবা মতৌ উংথোক্নুনা য়েক্লবা চান্নবা আনমকপু অমত্তা ওইনা উব ওম্ববু অধ্যাত্মিক কৌই। অধ্যাত্মিক অসিবু জ্ঞানগী পাম্বৈনা মপান্দা খুৎলাই ওইনা পুথোক্নুনা শিজিন্নবা ওম্ববু অধ্যাত্মিক খুৎলাই কৌই। খুৎলাই অসিদি পৃথিবীগী ফাওর-ফাওরবা বৈজ্ঞানিকশিংনা শারগা পৈশিন্দুনা অচৌবা শক্তি পায়বা লৈপাকশিংদা

থম্নবিবা প্রলয় ওন্নবা নিউক্লিয়াব, এটোম বোম্বচিংবা শক্তি লৈববা খুৎলাই কযানা ককপা ওগ্নবোইদবা ঈশ্ববগী শক্তিগী মশক ওইবা খ্বাইদগী পুমথোই থোইবা খুৎলাইনি। মথক্কা হৌখিবা দ্বাপুব যুগতা মহাভাবত লাল লোইবকপদা অর্জ্জুন অশ্বথমা অনিমক্না লাকশিনবা ওমহৌদবা অশাওবনা হেন-খিতুনা শক্ত অস্ত্র কাপথোক্লবক্তুনা ব্রহ্মাণ্ড প্রলয় ওইবা ভাবক্লবদা ভগবান বেদ ব্যাসনা খুৎলাই অাসগী মযায়দা লেপ্তুনা পাম্বোম অনি ব্লাংনা থাঙ্গৎতুনা থম্মোয়দগী অধ্যাত্মিক খুৎলাই পুথোক-তুনা ব্রহ্ম অস্ত্রগী মৈ মুৎথত্তুনা অব্বাবা ভাববা জগৎ ননাখ।

খুৎলাই অসিবু শিজিন্নবা ওম্বা মাদি পাংগিবাদা মশাং য়ানদে তাওই। মসিদি মহাপুরুষ ওইবতনা শিজিন্নবা ওম্বনি। খুৎলাই অসিবু পুথোকতুনা শিজিংখিবা মহাপুরুষশিংদি— বুদ্ধভগবান, যিশুখৃষ্ট, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনি ঐখোযনা নৌনা হকথেংনহৌবদা হায়বগনা মহাত্মা গান্ধীজীনি। মসিনচিংবা মহাপুরুষ ওইবতনা শিজিন্নবা ওমখি। অত্মাদগী থোবকপা থম্মোয়গী শেংলবা হিংসা য়াওদবা প্রেম্মা-পরমাত্মা ভগবান ফাওবা খুদুম চঙ্গবা ওমই। শা, কৈ, ফাওবা মুংশিবা তম্বীতুনা মীওইবগী মরক্তা তিন্নবা য়াইহল্লি, তিন্নরি। মীওইববু মীওইবনা মুংশিনবা তম্বাবদি করিগী ওইথোক্লোইদগে। মরম অসিনা হৌজিক ঐখোয়না ঐখোয়গী অত্মাদা লৈরিবা ইশা ইশাদা পোকপদগী লোয়নজরকপা ইশাগী য়াওজরিবা মীনুংশি প্রেমবু জ্ঞানগী পাম্বৈনা অধ্যাত্মিক খুৎলাই ওইনা শিজিন্নতুনা

লৈপাক পুম্নমক অমত্তা ওইবা মান্নবা হিংসা য়াওদবা সমাজ অমা শেম্নবগীদমক হোৎনহৌবগী মতম অচু চপ চারে থেং-নল্লে হোৎনহৌবসি হিবম খুদিং হন্না য়েংহৌসি ।।

## ( মান্নবা পুরক্নবা পাম্বৈ )

লৈপাক অমগী মীয়ামবু মানবা থাক্তা পুরকপা তাববদি ঐ ইশাদগী হৌনা শেমদোকপা চংই। হায়বদি ঐগী ইমুং মচু দগী হৌনা শেম্বা তাই। নিংথৌ, মন্ত্রি, অওম-অথৌ চক্রনা শেম্বা ওম্বী পাঙ্গল লৈবোই। প্রজা মীয়াম তুপ্না মান্নবা ব্রাখাল্লাল থম্বা চংঙ। থওবা তাকপা মীটিং-ফাদংদা ওা শকপা হৈ।শবা ধর্ম্মগী যুক্মদি য়াওদবা থবক ওইনদি থক পাওথোক্নবা কনাগুম্বনা পালাওদা লাওবনা সমাজবু মান্নবা থাক্তা পুবকপা ওইথোক্লোই। যুম খুদিংদা ইমুং খুদিংদগী মচা মচা ওইনা শেম্নক্নবতদা নোংমাদ মান্নবা অচৌবা মান্নবা লৈপাক অমা শোয়দনা ওইবকই। ঐনা ওগা ইচা-ইশু শেম্বদগী হৌনা সমাজ শেম্বা য়াওববনি। মকওইনা মচা-মশুবু ওাক শেল্লিবা মমা মপা নামজি‌‌ৎনীাববা মীওইশিং বিদ্যা লোই শওশিংগী ওঝা গুরু হায়বিবশিং অসিদা খাইদগী লৈপাক শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৈ। মাস শেমগে হায়রবদি ধর্ম্ম চওই। ধর্ম্ম য়াওদনা সুকয়া য়াদে, ধর্ম্ম হায়বা ব্রাহৈ তেল্লবা অসিগী অর্থ য়াম্না পাক চাওখ্রে লোয়না হনবা ওম্মোই, তেন্না হল্লবদা—ধর্ম্ম হায়বদি (ধাবন-পোষন) পুবা—য়োকপা হায়বনি।

থাহে অনি অসিগী রাহন্দোক পীব তারবদি পাক চাওগে, হীরম খুদিংমক্তা ধর্ম চংই। মরম অসিনা ঐখোয়না পিক্লিবা অঙাং অমবু চাওনবা হোৎনরকপদা ধর্মদা যুক্ত থনজ্বুনা শেম্বা চংই। অসুম তৌনা ঐখোয়না য়াম্না চেৎশিন্না ইমুং খুদিংদগী অফবা ধর্মগী রাখল্লোল তাক্কুনা শেমগৎলক্কুনা অফবা লৈকাই শুইরকই—লৈকাই লৈকাইদগী পুল্লক্কুনা অফবা খুঙ্গং অমা শুইরকই। খুঙ্গংদগী অফবা মান্নবা অচৌবা লৈপাক অমা শোইদনা শুইরক্কনি। মরম অসি লৈবনা খ্বাইদগী মরু শুই-থিবদি—মমা মপা বিদ্যাশঙগী অধ্যাপক ওঝাশিংনি। অপেৎপা লৈপাক্লা শাংনিংবা মঙং শাবা ওম্বা অহুগুম্না নৌরিবা পিক্লিবা অঙাং অনবু নৌরিবৈদগী থাহে রাতা লমচৎ অমদি ধর্মগা পাওতাক নিংথিনা তাকপি-তকপিজ্বুনা তম্বীজ্বুনা শেমহৌববদি অঙাং অদু লৈপাক শেম্বা য়াওরবনি। মসি হায়বদা চিংনিংঙাই লৈতে, হীরম খুদিং হন্না য়েংহৌসি।

## লাইরিক তাবদগী ফংবা কান্নবা

মথক্কী মরমশিং অসি লৈবনা ঐখোয়গী লাইরিক থীবা হায়বা কলা অসিমু লৈপাক শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌজবিবা কলাকারশিংনি হায়জনিংই। মতুগী মরম অমা পীজরবদা—কলা অসিনা মীয়ামগা মীওইবগী লমচৎ, শাজৎ, ব্যবহার ভঙ্গিনচিংবা তাকই। মসিবু পুক্লিং চংনা তাবদগী মীগী পাওতাক য়াওদনা মরনাম্ন মতোম মতোমতনা লমহেনবা পুক্লিং

থস্মোয়বু ৱায়কচবা ওমই, মমা মপাদা মচা ওইবশিংনা থমগদবা ব্যবহার, ওঝা, গুরুদা তৌগদবা ভক্তি, মচিন-মনাও, মচন-মচে লোয়নগদবা নিয়ম, মনেম মক্ষুদা ওইগদবা ব্যবহার, মুপী ওই-বীশিংনা চৎকদবা মপুরোইবগা মনাই মুপীগা লোয়নগদবা লমচৎ, অহল-লম্মন্দা থম্ফম থোকপা ভক্তি, ব্রাহ্মন-বৈষ্ণবকী মক্ষমদা ওইগদবা ভক্তি, নিংথৌ মন্ত্রী অঙম-অথৌশিংগী মফমদা চংকদবা নিতী নিয়ম মরৈপাক নীংবগী ৱারী ঈশ্বরবু থাজবা ঈশ্বর নাংনবা লম্বী অথাং কনবা ধর্ম্ম খণ্ডনবগী (কৎথোকপা) দান তৌবগী কান্নবা জীব পুন্নমকপু চপ মান্ননা উবা ওম্বগী মরম জীব হিংসা থাদোকপা স সাব পুম্বা চপ মান্নবা মীয়েংদা উবা ওম্বা ৱাখল পাবা মসিনচিংবা মথক্কা শাস্ত্রশিংনা তাকপা মুংগী ওইবা অর্থ পুন্নমক লাইরিক থীবা-হায়বা কলাকারনা মীয়াম মাংদা সমাজ অসদা ফোঙদোক্নুনা শন্দোক্নুনা মণিপুরদা কান্নবা পারি। লৈপাক শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌজরি। মবম অরনা হৌজিক্কা ড্রামা, সিনেমা, (ষত্রাৱালী) গুমাং লীলানা সমাজদা অফ ফত্ত উত্নুনা মীয়ামদা তাকপা খুদিংমক লাইরিক খাধা-হায়বা কলা অসদা য়াওদবা লৈতে মওৎ মান্নদবর্দনি। পুং, ঈশৈ, জগোয় কলা খুদিংমক শাস্ত্রগী য়ুমফম ওইনা হৌরকনা পুথোরকপমক্কনি।

মরম অসিমক্কা — মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা লৈঙাক্লোন রাজ-নীতিগী মরমদসু অচুম্বা ধর্ম্মগী লম্বাদা তাক্করুদনা মতোম মতোমতা চঙজরকপা ধর্ম্ম অমদি ভক্তিগী লম্বাসু ওইবা মীয়াম পুন্না ভাবদসু

পুক্লিং পোথাহনবা শ্রীকৃষ্ণগী নামগুণ লীলানা মপুং ওইবা লাইরিক থীবা-হায়বা হায়না মীংথোলবা সঙ্কীর্ত্তনগী পান্থী ওইনা থাবিরম্বা মণিপুরবাষি ঐখোয় পুম্নমকা মাংফদ্রবা অচৌবা ইরলনি।

## (হৌজিক ওইরিবা কলাগী ফীভম)

হৌজিক ঐখোয়গী লাইবকথীবা মরম অমদি—কলা অসিগী মগুণ হন্থহনবা অসিনি। হান্না ওঝাশিং গুরুজোনশিংনা চংনরম্বদি: পদ কাইবা ছন্দ লোইবা অর্থ রস লানবা য়ারমদে কনাগুম্বনা লম হেন্দুনা শোইরক্লবদি দগুি পীহনা মাবু ব্রারক্নুনা অচুম্বা লম্বীদা পুশিনবিরম্মী কুসি-রাসি য়ারমদে। তারিবা ভাবোক্নস্থু অরানবা কলাকার অহুবু ইন্থোক্নুনা দণ্ড তৌরম্মী। কয়াদা চেকশিনথ্রবা কয়াদা মুংশিপ্রবা হৌজিক্কী কলাকারশিংদি মশাগী খুৎশেম্না লাইরিক ওইনা শাদুনা শোন্নরে রস রশি পদ কায়বা কায়দবা শুকয়েং য়েংনদ্রে ব্রারকপিনবা ওঝা গুরুস্থু লৈত্রে, লাইরিক্লা লাইরিক নত্তবরা মানা মানা থোকপা পংথোদ থী, পংহায়দা মহায়। তাবিরিবা ভাবোক্নস্থু হায়বিদে লাল্লে খণ্ডনা খণ্ডনা ব্রারকপিদে কয়াদা লাইবক থিথ্রবা কয়াদা কলা অসিগী মগুণ মাঙহনথ্রবনো? ঐখোয়না ঐখোয়গী মমল য়ামথ্রবা. নোংমদি শোইদনা পৃথিবী শিন-থুংনা খংনরগদৌরিবা সঙ্কীর্তনগী পান্থী অসি কংখিবা তারে খল্লুবদা

কপ্পিংই। হান্না চৎনরম্বদি— লাইরিক তাবা নাম তাবা হায়বসি মণিপুরগী ভমপাক্কী মফম খুঙ্গং খুদিংগী মরুপ লিং-হুনা লৈকাই লৈকাই খুদিংগী মাঙোপ নভ্রগা শঙ্গোয়দা ওইরবস্থু চহি খুদিংগী ওইনা ব্রাহ্মন-বৈষ্ণব লাইগুরু ইমা-ইবেন নহা অহল চহি অমগী অমুক্তং ওইরবস্থু নাম তাহৌদবা য়াদে হায়না পালি নাইনা নিয়ম তৌহুনা পুক্নিং চংনা থরায় য়াওনা তানরমই। মসিদস্থু নত্তুনা কনাগুম্বা ধর্ম্মদ্য পুক্নিং চংবা ভক্তি পামজবা নভ্রগা মচা মমৌ লমচৎ ব্যবহার তম্মীনবা ব্লারক্লবা হায়হুনা মরনাই ওইনা য়াম্না কুংনা চৎনরকই। তশেংনমক হায়বা য়াই। লমচং রাঙাং ব্রাতা হায়বসি অঙাং ওইরিঙৈদা হৈনখিবা অহুনক শিব ফাওবা হৈনবী ওই। মরুওইনা হায়জ-নিংবা অমা লৈ। হৌখিবা লাই গুরুশিংনা হৌদোকপিরম্বা চৎনরকপা অমা লৈরকই। মহুদি মেরা রায়ুবা হায়বা অমা থা অমা চুপনা শুমাং শুমা' খুদিগী তুলসী মখোঙদা মপোপ চুম্না অব্রাবা রা অমা য়ুংঙগা মতুগা অব্রাংবা মতোনদা থাউমৈ অমা খৌরানা চিংখত্তুনা থান্নরম্মা। থৌরানা থাউমৈ চিং-খৎলকপা মতম অদুদা নাম অমা শোম্লৈ। দামুদ্রায় নমঃ হায়বা নাম অসিনি। নাম আসগা অর্থ চাওনা লৈ অহুবু হাক্লা চাওনা ব্যাখ্যা তৌজররোই খজিত্তং পঞ্জগে- থা তরানি-থোয় অসিগী মপু হায়রদি ১২ পুবা নরাল ১২ লৈ মেরা থাগী মপুদি দামুদ্র কৌবা নরালনা পুই। মরম অমনা থা ১২ অসিদগা খ্রায়দগী মগুণ লৈবা থাস্থু মেরা থা অমনা ইংহেন হেল্লি

হায়নৈ মেরা থাবু গুণঃ মায কৌনৈ। মবম অসিনা কনা কনা-গুম্বা ধর্ম্মবু নৈনবা ভক্তি পামজবা বৈষ্ণবশিংনা মেবা মহসব সেবা অসিবু য়াম্না চেকশন্না পালন তৌনার। তশেংনমক মেরা থা অসিগী মনু দা মী অহুনা ওমজবা হৈ লৈ পত্র লাংজহুনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ লীলা তাঙহনা কৃষ্ণদা সেবা তৌ-জরবদি চহি অহুমগী গ্রহগী দশা তাগদবা লৈরবস্মু থজিত্তা ওইরবস্মু ঙাকপি। মরম অসিনা মথক্তা লাইগুকাশিংনা মেরা ৱাযুংবা হায়হুনা মেরা ১৫নি পুর্ণিমা মুনিত্তগী হিয়াঙ্গৈ পুর্ণিমা রাফুকপা ফাওবা থা অমা চুপ্পা মাণপুবগী থুঙ্গং লৈকাই খুদ্গী লন্নাই ঈমফাল নাইদনা মেবা নিয়ম লাইবিক তাবা হায়না মানং থোন্দুনা লাইব ইনা+খুনবা থায়দনা এথোযগীস্মু নোংমত ওইরবস্মু অমুক্ত সেবা তৌহৌদব। তাহৌদবা য়াদে হায়না চংনবকই। তশেংনমক গুরুজনশিংনা নিয়ম হায়না থোনবিনম্লিবা ন্নাকৈ মচং অসিনবস্মু অর্থ লৈবা ৱাতান। হন্দোকপা তাববদি যাম্না পাক চাওই। মসিস্মু নাম্বা মথল অমান। অহুনা লাই গুরুনা থম্বাবম্বাবা নিয়ম-লম্ব। অসবু এথোয়না চংকম ঙাকফম থোবই। অদুবু লাইবক থিবদি হায়রিবা নিয়ম অসি হৌজাক্ত থৌওইনরগুবা চনিনরগুবগুম উাব।

## হৌথিবা মতমগী হৌজিক্কা হেন্নবা ঃ

শেংনা হায়বা তাববদি—হৌথিবা মতম থবগী মমাংদা লাইগুকনা চংলম্বা থম্নবম্বা থকাশ খাশি ব্যবহার ভক্তি অহুগা

হৌজিক ওইরিবা থকশি-থাশি লমচৎ শাজৎ অসিগা অস্তুক্কী মতিক থেন্নরে। পুনশন ওন্নবে। মপক্কী লাই গুকনা চৎনবনপা খন্ননম্বা ব্যবহারবদি— কনাহম্বা অহল ওইনবা অমগা নহা ১ গা অচিনবা লম্ব'দা লেংথৈনবা মতমদা নহা অতুনা ব্যবহার ত্তৌনা থৈদোক্লম্মী, মাম নেংলুনি হ'য়বা যৌনা লমজাইরম্মী মহু অহল অতুব্ কিবগী নত্তে। ব্যবহারবু সন্মান থম্বনি, নিংবনি। কয়াদা মমল য়ামখ্রবা চৎনবিনো? হৌজিক্তি—অহল অতুনা ব্যবহার ত্তৌনা নিনা থৈদোকচরে কয়াদা ওক্লবা, মসিবু চাওখৎপনি হায়রিসরা? হোয়, হায়বা য়াবা খবনে। মহাদ মপানগী ওহনা মাংয়েংদা— লম্বী থোং কোল কাবথনা. ফিভেৎ লৈতেং, বিজ্ঞানগী খুৎশেম্না পুথোকপা ইঞ্জিনগী নপৈ, নোংপক্তা পাইবা ভম্বা অভাংপা ফংবা খুৎলাই মপৈ মাইকে সোমদা য়েংলুববাদ খম থেংনা চাওখৎলে হায়না য়াই। অতুগা হ্নগী ওইনা পণ্ডিৎ ওইবাশংনা য়েংবদাদ অত্তনপা ফংনা নিনবে। করিননো হায়বদি—প্রকৃতি ইমাগী মহৌশাগী শক্তম নায়থরকপা, মীওইবা জাতি পুন্নমনা হন্ম মচেৎ অমা ফাওবা লৈনবক্তবা। হংচাবগী শক্তম লোইনা ওইবক্লিবা অমনা অমবু থাজবা লৈনরক্তবা, মানা মীবু কৈদগী হেনা নিনবাক্লবা, অফং-অফংবা অভম অভম্বা হাৎন শুনবিবা বাংলুপ কা লুপ, তোঙান তোঙান শেম্নরিবা, মমা মপা, গুরু শিষ্য, অচৌ পিশক মশাক খভনরক্তিবা, মীনুংশি ঙাকপা হেবা লৈনবক্তবা চঙজবক্লবনওদা হাৎতোকপা ভম্বা— হায়রিবা পুন্নমক আস ধর্ম্মগী যুক্ষম

কায়বকপা, ধর্মস তুং ওইনবা পাংগী ওইরবা পনি তাংজনি, ই। মরম অসিনা ধর্মবু ঐখোয়না ভাক-শেনাহৌদ্রবাদ নোংমদি অধর্মগী মপৈনা মৈ ওক্লক্নুনা অস্রুক্রী মাখক ঐখোয়সনা রানা হোৎন-হুনা থমজনিবা চাওখৎপা ওইনা উবিবা লমিবা পুন্নমক অসি উৎ ওইনা তুমখিবা শোয়বাই চীরম খুদিং হন্না য়েংহৌসি।

## মণিপুরবাসি ঐখোয় ইমুং অমতনি ঃ

মণিপুরবাসি ঐখোয় ইমুং অমত্তগী মচানি। মৈতৈ, পাঙন হাও, ইমা অমত্তগী মচানি। ফিজেৎ, চাকচা, মাইনং-মাইশোম মাগা মাগী ওইনা তোঙান তোঙানবা সম্বান্ধ চৎনকনবনু লৈপাক্তা ওইবা অচৌবা থবক থৌরম অমা লানপাদা ঐখোয় খুদিংমক অমত্তা ওইনা পুন্দুনা অফ-অত্ত চীরম খাজনজ্ঞা তান্নরি খন্নরি পাওথোমাননবা। ঐখোয়বু ইচিন ইনা মতে হায়াসরা? মচিন মনাওয়ে থিনবগা খৎন-চৈনবগা মমা কনাগী থম্মোয়না তংদু কৈতনা মুন্ডাইনা পোৎথাবা তমগদগে? পুরান পুয়া, বাইবল, কুরান, ধর্ম শাস্ত্র করম্বনা মা হাৎনু জীব হিংসা তৌ তাকপা যাওবরা? য়াওদে। জীব মুংশনু, অত্তানবনু ভাকপিথ। ইন্দ্র খুদুন চন্নু, মৈত লাইরবদা দান তৌ, হিংসা তৌগনু। মৈ অমাদ যমগী মশক ওইবা অশাওববু লাকসন্নু অসিনচিংবা পাওতাক মপৈ কয়া অসি শাস্ত্রশং অসিনা ঐখোয় মীওইবদা তাকপীরি। মরম অসিনা শাস্ত্রশিং অসিবু

লোইনা পুম্মাঙ নাঙখি। কুইবা থক্‌ য়রে। মবম পুম্ননক অসি লৈবনা হৌজিক তৈনোননা লৌগদবদি নাগী, ঈশী, জাং বিজাংকী ওইনা লেংলে লে চান টবা অপিপপা রাখল্লান থাদোক্লহনা অমনা অমর্‌ অংম্বা মংলং পানবুলা ধর্ম্ম শাস্ত্র-শিংনা তাকপিবিবা মচ ওইনা প ওৎাক পুম্ননপু এখোয় পুম্নমক্না খোমজিনখনহন হংল্লাই ওইনা শাজন্নবা ওম্নবা হোংনবুলা অবর্ম্মদগী শাগৎলনইবা মাইগৈ শাদ দগী হৌবক-হবা লো মদি সোইদনা ভুম্না চাওত্না উৎ ওতবনগদবা মালোন লৈমবু বঃব হোংলেংলা নতম থে মল্লে। মতম লৈনাবতভা ইনাব কন্নবা হোংনহৌরিস। মক ওইনা মণিপুরবাসি এখে যং। খঙ্গদবদি—মচাশিংগী ওইং খাইবুং নিংজেল মাংদবা হাৎন শুনবা চেযন থোক্লগা নমা দনাগী থম্মোয়না ঈংনা কুংগাইনা পোথানা স্বর্গ যাংবগেংঃ যাওদে। মবম আসনা লো মলোংনগী নোঙ্গাদন। হ ৎন শুনদগী লৈরিদা মাইগৈ থুংনা চানাশন্নপা মৈশানক্তু পিবাং শিন্নহনা তে থাবিবা মণিপুর লৈনা পুনযব। ইমাবু মচা ওইবা শিখোয় পুম্নমক্না নিংজেল মাল্লবা তু শিংবা, অমত্তা ওইবা শক্তন টুক্তুনা অপোকপা ইনা লৈপাক মণিপুরবু হবাওতল্লাস। মচা এখোয়গা হুশনবা অপুনবা শক্তম উনগা হন্নাওনা ঈনা লোমেন লোকপা মাইথোং উজবগা এখোয় খুদিংমক্না ইমগী অমৃতগা লমন শিংবা শকসি। ধর্ম্মর অমুক্ত হঙ্গেৎনা যেবধ্‌ মণিপুরবাসি এখোয় ইমুং অনত্তগী মচানি।।

## হৌরকফমদগী মাঙবা অমদি তোংবা ঃ

গৃহস্থ আশ্রম হায়বা অসি আশ্রম পুম্নমক্কী হৌবকফম অমনি। ব্রহ্মচর্য্যক, বানপ্রস্থ অমসুং, সন্ন্যাস পুম্নমক অসিবু যেক্লিবা জগৎ শিনবা থুংনা লৈবা চাওববা ধর্ম্মগী আশ্রমনি। মবম অসিনা আশ্রম অসিদা লৈবা তাক-শেল্লিবা এখোয় খুদিংমক্না য়াম্না চেকশিন্না তাক শেন্দুনা পাপগী আশ্রম থিইহল্লোইদবনি মখুম হায়বা অসি এগী অবেপ্পা নত্তে, মতম খব ঐনা হিংলিবৈদা ধর্ম্মগী থবক কয়া পাংথোকফম ঈশ্বরগী মন্দিরনি। ঐনা থম্মমগদৌরিবা ইচা-ইচু পুম্নমক্তসু মন্দর্বিনি, পাপকা থবক তৌবা য়াদে পাপকী মুখ থিইজনগনু হায়না তাকপহৌবা মখোয়গী থম্মোয়বুসু সংস্কার তৌবা বরগদবনি। মবমদি লমচৎ ব্যবহার, ভক্তি, অমাদি ধর্ম্ম হায়বসি পুক্কিদগী হৌবকপা মতম। পুক্কিংবু নৌবিবৈদা শেংদোকপা অমোৎপা লৈহন্দবা, সংস্কার তৌহৌদ্রবদি লম্মখাদা শের্জিনবা হায়বাসি য়াম্না রানা থোকই। হায়ুজবিবা পুম্নমক অসি ধর্ম্ম শাস্ত্রগী বানি। অদুবু অরাবাদ—হৌজিক্কী মতমদাদি মা, অয়াম্বনা ধর্ম্মগী মরা লোদবনা মশাং য়াম্মে। মতমগী প্রভাবনি হায়গদ্রা? ঐখোয়না তৌজবগী মহৌনি হায়গদ্রা? মাসি মতমগী মরানাদ নত্তে, মতমদি লেঙদনা লৈবা অরেপ্পনি। মাসগী মবম অমা পীজাব— কনাগুম্বা লমচৎ কায়বা, চাকচা যুথক্কী ফজদবা রাঙাং-শাঙাং ব্যবহার লৈতবা উরুতারুবদা ঐখোয়না হায়নৈ, য়াবোইএ য়াররোইএ মতম্না,

অস্থুম্না হায়নৈ ! মসি ঐগী মোত্তাদি য়াম্না য়াজনিংদে। লালিবদি মতম্না নত্তে ঐনা হানবনি, অতুগা কারগীদমক মতমদা মরান শিজিল্ল্রিবনো ? ঐনা লানবগী মরমদি— ঐনা ঐগী ইচা-ইশু য়োকপা শেম্ককপদা ধর্ম্মগী পাওতাক তম্বীহনা লীচৎ-শাজৎ তম্বীরক্কে, পাপকী চিঙ্গাক চাবা, পাপকী শাজৎ পাপকী য়াঙাং ভাঙবদু অশিংবা থম্মক্কে. থোইনদুম কেম্না মতে পাংঙকই। মসিগী মরম পীজসি— মহাদ ধর্ম্মগী আশ্রম ওইবিবা য়ুম অসিদা কাহেনবা চাক্কে থককৈহেদবা ময়াম কাবা নিশাগী চিঙ্গাক চাহুনা মমামবা মমাহবা ময়ামগা লোয়নন। তৌরিবা ধর্ম্মগী য়াংমা লাল্লবা থবকাশিং অতুনু থিংবগী মহত্তা থোইনদুম নতেং পাংশিন্দুনা ইচা সঙ্গ চাওরে চাওথৎলো হায়না মনা মপা ওইবা ঐমু হয়াওবা মুংঙাইবা য়াওজারি। য়ুম অসিনু ধর্ম্মগী আশ্রম ওইরিবরা ? পাপকী আশ্রম ওইরিববা ? মসিনু মংম্না তৌহল্লিবরা ? নত্রগা ঐনরা ? ইচা লৈশাবী ইমৌ অ.নাবা অতুনা কিনাৎ থোঙউপ তোংহুনা অমাং-অশেং থঙদনা লুক হৌবা। থোং-থাকপদো ঐনা থোয়দাক্কে, মসিবু মতম্নরা নত্রগা ঐনরা ? য়ুম অসিবু মন্দির ওইরিবরা ? নত্রে - ধর্ম্মগী আশ্রম ওইত্রে। পাপকী হৌরককম, পাপকী আশ্রম ওইনা ঐ ইশানা শেমজরবনি। অস্থুম্না ঐখোয়না ইশা ইশানা শেমজবা চৎনবীগী কল্লবা পাপকী ইখিল কয়ানা ধর্ম্মগী চা জৌ ওইরিবা লৈরায়দা নুংতিগী য়াইরি থেংঙরি। হায়জনিংবা অমম্থু লৈরি। হায়রক্লগা য়াম্না লাল্লগজ্ঞা হায়দি হায়জরগে ? মথমসি, মহুদি— (অথিক

অবস্থা। শেল-খুনগী কাংলোন পোমিৎ খণ্ড-হৈরবা ইবুংঙো ইবেম্মাশিনা ঙাইহাক লৈতনা রেডিওদা খবর কাগজ কয়াদা লাউথোকপা.নি। মহুদি— ওক, য়েন লোইয়ু, ঙান্নু লোইয়ু শেন তাল্লু মসিনি। অসিগুম্বা লাইরিক লাইগু খণ্ড-হৈরবাশিংগী পাওতাক্না মণিপুর তম্পাক্তা লৈরিবা (মৈতৈ) ক্ষেত্রী, ব্রাহ্মন ফাওবা খুঙ্গং অমাদ সহর শিনবা থুংনা ওক, য়েন লোক্তদবা ইমুংদ পংয়াওবু য়াওরম্মরোই খঞ্জে। মাসগীদমক সরকারগী শেঙ্গং ফাওবা ফংবা য়াওরে। লন কয়া য়াম্না চাওখৎলবনো? চাওবুদ চাংখৎলমগনি। ঃঃদোক্তো! অহুবু মাইগে অমরোমদা য়েংবদদি ওক, য়েন লোয়বগী কল্লবা টচেল অদুনা ধর্ম্মগী পনবুদ নমথাম্নচুনা ওাওথোকখ্রে। ওক য়েন লোইবা আইন্না য়াইথাবা চৎনবী অসিগী মতুংহন্না য়ু গুংবা থোক্বস্নু মৈতৈ অনাদ পাংনোন ফাওবা শেন তালহৌরগা লোইরে হায়বা অখিক অবস্থারোমদতা উরুবনা সোমদা না খায়রক্লিবা ধর্ম্মগী পন অাসবুদ ওয়া য়েংউদ। হৌজাক্ত ধর্ম্মবু হুন্না য়েংহৌদবগী মহৈ অহু ঐখোয়না চাওনা ফংঙরে। ঙাস এখোয়না ফংঙরিবা থেংনাব্রবা অরাবা মপৈ অাস নথক্তা পঞ্জারবা (গৃহস্থ আশ্রম) য়ুম্নু পাপকা আশ্রম ওইহল্লকপা ধর্মগী য়ুন ওইনা হন্দবদগী ফংবা ঙাক্তনি।

তথাহি—তন্ত্রে

অহিংশা সত্য স্তেয়ম্, শৌচাদি

মিন্দ্রিয়ানি গ্রহম্ ইতি ধর্ম্মমুচ্যতে।

ইন্দ্রিয়শিং অসিবু তক্রু তকনা থম্বা, মাংনবগী মশক ওইবা হিংসা থাদোকপা, অশেম্বা থম্বা, মসিনু ধর্ম্ম কৌই। অসুম্না তম্বনা তাকই। অসিগুম্বা শাস্ত্রগা পাওতাকশিংবু তুংওইনা থমহনা মথক্তা ইশানা তৌরিমখৈ য়াকনা ইমা-ইপাদো ঙসিদি অরা কোকথোং পুবনে। চাবে চাকম খঙদে, তুম্বা ফাওবা ফ জদে। অমুক হেন্না বাবিবাসি ইমা-ইবেনাশিংনি, অহিং মিশেল থাংতনা ইচাশিংনু কদাযদা শোয়খিগদগে হায়না কন্না ঙাক-শেনবা হোৎনবি। মৈমৈ লৈপাক্কী ইমাশিংগী থৌনাল্লি জেলদি পৃথিবীদা অদা বনি। খত্তা মৈবা অমমম পায়ছনা নোংমৈ পায়বশিংগা হনবা নৈতনা লান থেংনাব। নোংমৈ পায়বশিংগী মথুক্তগা শিবা নিদনা চোংশিন চোংশিন্দনা মচগা মথান্নুংদা কোনশিন্দুনা মচা কয়াগী থরাই কনবীব। ঙমহৌদবা মচা কয়াসু মাঙখ্রে। মসিবু উকু-তাকুববা মীওইবা কনাগী থম্মোয় শোক্তবা য়াওগদগে? অহুবু অরাবদি ঙাইহাক ঙাইহাক্তা ওইনা ঙাকপানি। পুমথিং থিংবাদ ঙম্মোই। কাবিনগী হাযবদা—ধর্ম্মগী অচৌবা মকু ওইবা তোর্ব্বান পাব-চাওনা কায়খ্রে। মাইগৈ-মাইগৈ পুদিংমক্তা থিংবা ঙমদনা লোইনা কাযবক্লে। ঈহৌরকপদা তুবেলগী তোর্ব্বান কায়ববু লমথা দা খিংবা ঙমগদ্রা? ঙম্ফম থোক্তে। মরূদা হাকথেংনবা থিংলবতদা ঙমগনি। মরম অসিনা ঐখোয়না ধর্ম্মবু হঙ্গৎনা য়েংবা চুমগনি। মসিমসু শেংদোকচরি— মহুদি কনাগুম্বনা হায়বিবা য়াই, মৈতৈনা ওক-য়েন লোইবা মৈহৌরোন্দগী চৎনরবই।

পুকয়ু-রায়ু থরুরম্মী হায়নৈ। মতুদি— জাতি অসি সংস্কার (অমোৎপা শেংদোকপা) লৈত্রিনৈঙেগী বারীনি। হৌজিক্তি সংস্কার ফংজরবনি। হান্নগী নমথি-হানৈবা, অমোৎপা কোম অহুদা অমুক হঞ্জিন্দুনা নোরোক তাখিসিরা? ঐখোয়গী মণিপুরদা মপূং ওইনা ইচিন-ইনাও ওইনা লৈমিন্নরিবা জাতি অহুম্নি। মৈতৈ, চীংমী, মুস্লিম জাতি অহুম অসিগী তোঙান-তোঙানবা শা-যণ লোইবগী চৎনবী নিয়ম অমা ময়ায় ওইবা মতমদগী হায়গদ্রা চৎনরকই। মতুদি—চীংদা ওক মঙ'নচিংবা, মুস্লিম ইচিন-ইনাওশিংনা হানেং, য়াও, য়েন-ভান্নুনচিংবা, মৈতৈ অমদি ব্রাহ্মন্না যণ, ইবোই, তুই, হৌদোঙনাচিংবা অস্নুম্না লোইবা চৎনরকই। জাতি জাতিগী অমদি বর্ণগী ধর্ম্ম শাস্ত্রনা তাকপা বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম হায়বসি মীওইবা ঐখোয়না ঙাকফম থোকপা অচুম্বা লম্বীনি। কামগা অর্থগা নৈরু, ধর্ম্মগা মোক্ষ্যগা নৈরু। লনদগা (অপাম্বা মিহৌবা) কাম লাকই। অচুম্বা ধর্ম্মদগা (অরানবা) মোক্ষ্য ফংই। লন অমদি অপাম্বনা হেন।থবনা ধর্ম্মবু হঙৎনা য়েংহৌদ্রবদি লন অহুনা অপাম্বা কামলোমদা চংঙক্তুনা (আশ্বর্য্য) পাপকী ওইবা রাখল ফাও-রক্তুনা কায়হৈদবা ধর্ম্মগী পলবু থুগাইরৈ। ধর্ম্মগী পল কায়রকপগী মহৈনা ঐখোয়দা হঞ্জিল্লক্তুনা তেকচাক পুরৈ। ধর্ম্মবু ঐখোয়না তুংওইনরুবদগা ওসিদি ঐখোয়না পুঙমদ্রবা অরাবা মপৈ মপৈ পুররিবনি। মরম পুম্নমক অসি মথক্তা পঞ্জখিবা য়ুম য়ুমদগী আশ্রমদগী হায়বদি হৌরকফম মরুদগী

শোয়রকপনা থোক্লকপমক্তনি হায়জনিংই। অমুক হেন্না য়ারিবসি মৈত্রবাক্কী ইমাশিংনা অমুক হেন্না মচাশিংগীদমক শিবা কিদনা ইচাশিংগী মহুৎ শিনথ্রগে হায়না য়াবা, উরু-তারুবদা লাইরিক-লাইগুর্গী জ্ঞান লৈজদবা লর্বায়গী থুঙং মচা অমদা পোকপা ঐনা য়েংবা-খাঙবা ঙম্নক্তহুনা কবি উপাই তৌরগা ঈরৈপাক্কী খজিক্কং ঐনা মতেং পাংবা ঙমগদগে খল্লুবদা উপায় লৈরক্তহুনা, ঐনা নৌনা লোয়নজরকপা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংগী ওঝাশিংদা হংজরুবদা অস্তুম্না তাদ পিরবই। অপঙবা নংগুম্বগী নপাঙ্গল নরৌশিনা মীয়ামগী নরি সহায় ঙম্বা হৌনবগে? নংনা নরৈপাকচাবু কন্নাংবা হুংাশবা লৈববদি ধর্ম্ম শাস্ত্র. ঐনা তাকইবা মন্ত্র খরা অসি নরৈপাক্কা মায়মদা নংনা হেক ঙম্মিবমখৈ পাওজগ্গরুচো। নরৈপাক্কী জ্ঞান লৈবা অশিংবা লাইরিক হৈবশিংহুগা নিংথিনা য়ারা শারুদো। অহুম তৌরবতদা কায়রিবা পল অসি থিংবা ঙমগনি। অপঙবা নংনা নবুক্তা পঙরাদা রাজহুনা মুকম মুরুম শোনবনা কার কাম্ন-গদগে? অস্তুম্না ধর্ম্ম শাস্ত্রনা তাকপিবকপদগী পাঙত্রবা ঐনা মণিপুরগী খঙ হৈরবা লৈপাক্কা লুচি-পুরেন ওইবারিবা ইচিন-ইনাও, ইথা ইন্দোন পুম্নক্তা ইকোক নোম্না হায়জরি। ঐখোয়গী ধর্ম্মগী হৌজিক হৌজিক কায়থরকইবা পল অসি থিংবা ঙম্নবা ধর্ম্মগা সাক্ক তৌনবহুনা অমুক্তা য়ারী শান্নবীয় ধর্ম্মতনা ঐখোয়গী অয়াবা কোকপিবা ঙমগনি। অতৈ অতৈদা হায়জরুবনদি তাবীরকওই। মাগা মরুপ ওইহৌরবতদা হীরম

খুদিংমক্তা ঐখোয়গী অফবা পুরক্কনি। সত্য, ধর্ম, সমাধি হীবম খুদিং হন্না য়েংঙৌস।

## ওাইহাৱী অশান্তিবনা মাও তাকপা

মীওইবা ঐখোয়না ঐগী নীংবা থুংদবা হীবম থরগীদমক অপাম্বদগী পোকপা অশাউবা কোবা য়েক্কবা মানা ঐঙোন্দা চংওক্কুনা খম্বহৌদবদগী তৌবৈদবা থবক কয়া তৌদুনা মমল য়ান্নবা ইপোং-ইবন কয়ানু মাও তাকহল্লি। খম্বা হায়বা অসি তঙাই ফদে। এনা মচুম্মবনি হায়বা অসিমু য়াম্না অবানবা অমা ওইগনি। ঐগী নীংবা থুংবওাক্তা তান্দুনা মাও-হুং য়েংহৌদনা নমতুনা পাওংথাকখিবা থবক্তা মহৈনা হণ্ডন্দুনা ঐঙোন্দা অহাবা পীরবা হায়বসি শোয়দ্রবা ৱাফম্নি। মতাং আসদা ধর্ম শাস্ত্রনা তাকপিবা থজিক্কু যোঙদোকচবি। মতুদি—স্কুল (বিদ্যা তম্ফমশঙ) কলেজ (মহৈ লোইশঙ) ওফিস (অচুম-অরান ৱায়েনশঙ) হায়রিবাশিং অসি মন্দির ওাক্তনি। ঐখোয়না হায়রিবা মন্দিরশিং আন্দা চওলমদাইদা লাইবক কংলৈ। মা মানা খঙজবা ভক্তি তৌনবি, কয়াদা ৱাংঙ্গনা ধর্মগী লাচৎনো। ধর্ম শাস্ত্রনা তাকই, বিদ্যা মান্দরশিং অাসদগী মীওইবনা জ্ঞান তানশিন্নবি। জ্ঞান অনম্বুং লৌশিংগী লনগৈনি। মসিবু শেমজিন-শাজিনবা, তৈথোক-শেংদোকচবা হায়বসি মহা-পুন্নগী মশক্নি। অম্বুম্মা ধর্মগী লাইরিক্কশিংনা

তাকপিরি। অদুবু অন্নাবদি— অসিগুম্বা ধর্ম শাস্ত্রগী ন্না ঙাঙলুববদি মন্না লৌবিদে অপঙবনি চৎনদে। স্কুল অমত্তং, কলেজ অমত্তং লিংনবা হৌৎনবদা চাদ-থক্তুমখৈ ঐখোয়না কয়া ন্নানা হোৎনবি। মসিবু ঐখোয়না থমজবা ঐখোয়গী ইবল নভ্রবরা? লানবনা মী ঐখোয়না লান্নগা বনাদস্ত্র লানভ্রবী, ঐখোয়বু শেম্বী-শাবীদুনতা লাক্লিবী ইমাবু তাইনফম ইরৈ লৈতবদৌনা শেমজিন শাজিনবগী মহুত্তা, থিঙেলদা তাইনদনা নাশিখোৎদা তাইনবগুম্না ঙাইহাক্তুংগী ওইবা ঐগা অপাম্বা নীংবা থুংদবদগী হৌরকপা অশাওবা মৈনা অফ ফত্তা অমাং অতা খন্থদনা কবিগীদমক কাউথায় থুগাইদুনা মৈ থাক্লরিবনো? মৈনা চাকথ্রবা হায়বসিদি উং ওনথ্রবনি। উৎতি অমুক হন্না মঙোন চোংঙক্তে। তৌববদি নবম লৈদুনা খাপা ওইরমগনি। নসি হায়জবদা কনাগুম্বা ন্নাবৌবা য়াওবিবম্বা য়াই মহুস্ত্র ন্নাস্নৌবিন্থু। ঐনা হায়জবদি ঐখোয়না ধর্মবু অমুক্ত হন্না য়েংফম থোকই হাযজবনি। ধর্মগী লাইন্নিকশিংনা তাকপীবাদ বিদ্যা তম্ফমশঙ হায়বসি ইমানি। মসিবু মৈ থাবা থুগায়বা হায়বসি তৌহৈদে। মাবু পোকপী মমাবু মৈ থাবগা চপ মান্নে তাকপীর? মীওইবা ঐখোয়দা খন্থবা, ধর্ম, মীনুংশি য়াওদ্রবদি শাগা অন্দানি। শাগা মীগা খেন্নরিবা অসি জ্ঞানি, মীওইবনা অমাঙ-অতোং, অফ-ফত্তা খঙই। বণদি মদু খঙদে। বণনা মশাগী মযুম বণগোল ন্নায়খাই থুগাই, জ্ঞান লৈতবদগী তৌজবনি। ঐখোয় মীওইবনা ঙাকপী শেনবীরি।

নীদি নানি, মীওইবা ঐখোয়না অমাঙ-অতোং খণ্ডনা মাঙ-হন তাকহল্লবদি কনান। ঐখোয়বু ঙাকপী-শেনবীগদগে? ঐখোয়গী মেনবা ওমদনা কায়থরক্লিবা চীবম খুদিংমক অসি অত্তে মবম অমদগী নত্তে, ধর্ম্মবু তুংওইনবা ধর্ম্মদা যম্ফম থম-দুনা শিক্ষা পারক্তবা, যুম যুমদগী হৌনা মমা মপানা মচা মশুবু ধর্ম্মগী লীচৎ-শাজৎ, ব্রাহৈ ব্রাত্রা তাকপি-তম্বীদুনা শেম্বা শাবীরক্তবা; মখোয়না চাবা পাপকী চাকচা, পাপকী লীচত্তা অথিংবা লৈতনা মনীং তমহল্লকপা স্কুল কলেজশিংবদস্তু ধর্ম্মগী ওইবা শিক্ষা হৌবীদবা থম্বীদবা, চাকচা-য়ুথক্তা ধর্ম্মগী বিরুদ্ধ ওইবা চিন্তাক চাবদা অথিংবা থমদবা মনিং তমহনবা, হায়-রিবা পুন্নমক অসি ধর্ম্মবু য়েক্লবা ওইনা উবদগী হোৎকপা মক্তনি হায়বদা লাল্লোই খঞ্জে। মবম অসিনা হোৎনবা য়ুমবিচৈ মতম লৈবিচৈদা (গৃহস্থ আশ্রম) যুম যুমদস্তু ধর্ম্মগী লীচৎ-শাজৎ, ব্রাত্তাং ব্রাতাবু নৌরিবা ইচা-ইশুশিংবু নিংথিনা তাকপি-তম্বীদুনা ধর্ম্মগী মচু শংবীদুনা তম্বীহৌরবদি লৈপাক্কী ওইনা নোংমদি অচৌবা শক্তি লৈবা অপূনবা শক্তম অমা শোয়দনা ওইবক্কনি নীংজে। খ্বাইদগী মরুওইবা মবম অমনা লৈপাকসিগী লুচিং-পুরেল ওইবাশিংবশিং অমদি ওঝা গুরুশিং পুন্নমক্না খন্ন-নৈনবিদুনা ঐখোয়গী ধর্ম্ম শাস্ত্রনা তাকপীরিবা চাকচা-য়ুথক, লমচৎ-শাজৎ, থকসি-খাসি, ভক্তি-ব্যবহারবু এডুকেসনগী নিয়মদা হাপ্পিদুনা অব্রাংবা থাক্তা থম্বীরবদি লৈ-পাক্কী অপূনবা শক্তি লৈবা ফাভম শেম্বদা অঙকপা ফংনা

কান্নগনি নীঙৈজে। হীরম খুদিং হন্না য়েংহৌসি

## মণিপুরদা চৎনরিবা কলা মখল :

পৃথিবীগী লৈপাক খুদিংমক দেশাচার, লোকাচার হায়বা অমমম লোয়না মাগী মাগী লৈনবা ওাক্কনি। দেশাচার হায়বদি—লৈপাক অদুগা চৎনপথাপ হায়বনি। লোকাচার হায়বগনা লৈপাক অদুদা পুন্না লৈমিন্নরবস্ম জাতি তোঙান তোঙানবশিং অদুগী লাইনিং-লাইশোন ফিজেৎ-চাকচা মাগী মাগী ওইবা নাৎ ধর্ম্মগী ওইবা উৎসব মেলা মাসনা চংবা মওং তোঞ্জা অদুবু লোকাচার হায়বা তাই। অদুম তৌনা ঐখোয়গা মণিপুর সনা লৈপাক আসদস্মু জাতি জাতিগা ওইনা মাগী মাগী লোইনা লৈজে। ধর্ম্মগা মচু খেন্নবা নবম্না জাতিশিং অসিগী কলাগী শকওং তোঞ্জী। ট্রাইবেল ইচন-ইনাওশিংগা বাইবলনা ওাকপা ধর্ম্মগা মন্নুং চনবা কলা মখল কয়া, মুস্লিম ইচন-ইনাওশিংগাস্মু কুবালনা তাকপা ধর্ম্মগী মতু ইনবা কলা মখল কয়া লৈ। ঐখোয় মৈতৈ জাতিগী ওইনা কলা মখল খবা মশাং থাজবি। মদুদ—পুং, ঈশৈ, জগোয় লাইরিক থীবা-হায়বা, ব্রাবা, খোংজোম পর্ব্ব, পেনা, খুলং ঈশৈ, আধুনিক, যাত্রাব্রালি, ড্রামা, জগোয় বাস, যণশেনবা, গৌবলীলা অসিনচিংবা হায়রিবা কলা কয়া আস মণিপুরবাসি ঐখোয়না শেমজবা ঐখোয়গী ইরলনি। কলাশিং অসিনা

মণিপুর কৌবা জাতি কয়ানা পনবা লিংজেল মান্নবা লৈপাক অমা লৈ হায়বা পৃথিবীদা শক তাকপদা শরুক য়ারিবনি। অতুগা হায়বিদা মনাশি অসিনা ঐখোয় পুম্নমকপু অমগা অমগা মুংশিনহল্লি। ঐখোয়গী পুক্নিংব্ অরা পোথাহল্লি। অমত্তা ওইবা শক্তম উংলি। মবম অমনা কলাশিং অসিনা অফ কপ্পা মায়ামদা কোঙলোকনুনা খওহল্লি। ঐখোয়গী থম্মোয়বু হ্রাবকপী। মবম পুম্নমক অসি লৈবনা ঐখোয়না ঐখোয়গী ওইনা শেমজবা মমল নাইদ্রবা ইরলনি। হীরম খুদিং হন্না য়েংহৌসি।

## লাইরিক থীবা-হায়বগী মফমদা হায়বা

মক ওইনা ঐখোয়গা লাইরিক থীবা-হায়বা কলাকার ইচিন ইনাও অমদি ওথ্যাশিংগী মফমদা হায়জনিংবা অমনা—লাইরিক থীবা-হায়বা কলা অসিনু চাওখৎহনবা হায়বা অসি ঐখোয়গা কলাকারশিংগী দায়ত্ব থোদাং য়াম্না চাওই। ঐখোয়গী খুৎতা লৈ। হৌজিক হৌজিকমক কোয়না মণিপুরগী মফম খুদিংমক্তা চেন্দুনা প্রচার তৌবীরিবা কলা আসবু পাম্না মুংশিনা শক-শোনবীরিবা কলাকারশিং – কলা আসবু শক-শোনবীবা মতমদা, খিবয় ওাক্তা ওইনা থনবিদুনা পৈশা ফংনবগাদমক য়েংবাদুনা পদ অমদি রসগী পরেং থুগায়দুনা থীবা-হায়বা তৌবারোই থঙ্গে। করি করিগুম্বদা অতোপ অতোপ্পা কলাশিংগী কাই, ছন্দ লৌদুনা উৎলুরবস্নু পথাপ

কায়হন্দনা য়ুম্ফমদা হঞ্জিনবিবা, গুরুজন ওইবা ওঝাশিংনা থম্মীবাম্লিবা লম্বা অসিবু যাবিমথৈ ব্যবহার থম্বা ওাকপা, থকসি-খাসি খঙনা ওঝা নাইনা পিজিন হুমজিন্দুনা ফীভম চেংনা কাযহন্দনা থমহুনা শোনাখিববদি নলা অসিগী মগুণ চাওখৎপা শোয়দনা ওইবক্কান। ইাচন-ইনাও অমদি ওঝাশিংদা হায়জনিংবা মরম অমনা—হান্না গুরুজন ওঝাশিংনা থম্মীবাম্লবা মালব রাগনা শৈহৌ ওইনা হৌনবিবা অসিগা মন্নুংদা অতোপ্পা মল্লার, বসন্ত, শ্রীরাগ, ধানসীনাচংবা অতৈ অতৈ রাগ পুরুবাশিং অসিবস্মু রাগ ওইনা হৌহনা, শৈহৌ ওইনা শোনবদা কযা যাম্না কায়গদগে? খোইনা কাযবোই থৈঞ্জে। মবমদি ঐখোযগী লাইবিক থাবা-হায়বা কলা অসিগীস্মু রাগ, রাগিনি, সথা, বাহোন শাস্ত্রগী মত ওইবা গুরুজনশিংনা লোইনা শুনা থম্মী-বম্মী। নোংমাইজিং কাব রাগনো, নিংথৌকাবা বসন্তা রাগনা পুগদগে হায়বা হুমিং ৭ান অসিগী শাস্ত্রনা তাকপা হুমিং খুদংগা রাগ লোইনা শুনা লৈজে। মবম অসিনা ঐখোযনা থম্মোয় শেংনা লিংজেল মান্নুনা হোৎনহৌববাদ কলা অসিগী মগুণ হেন্না রাংগনি অতৈ অতৈ কলা লৈবিবা অসিদগী কবি-মত্তা শোৎথফম থোক্কে। ঐখোয পুম্না হোৎনমিন্নহুনা কলা অসিগী মশাগী মন্নুংদা লৈজরিবা গুনশিং অসি মীয়ামদা হেন্না শক খংবিনবা হোৎনহৌবসি হায়জবগী লোয়নমা বলাগী ওঝাশিংদা ইকোক নোঞ্জরি।

## বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশা প্রর্থনা তৌজবা ঃ

মণিপুরদা ভসি ফাওবা লাইরিক থীবা-হায়বা কলাকার-শিংনা চিংজরিবা অসি মণিপুরবাসি বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংগী থৌজালদগী হিংজরিবনি। ভাগবত ধর্ম্মদা থৱাই হন্‌চাং কংথোক্লুনা মমুং তানা নৈনখিরবা গৌর ধর্ম্মগী গুণনু নিথিনা খঙবিবশা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংনা. মমা-মপানা মচাশিংবু কদাইদা শোইখিগদগে হায়না শেন্নবগুমন্না অমুক্কী মভীক চেকশিন্না ঙাকপি শেনবীরক্নি। তশেংনমক ঐখোয়না ভসি ফাওবা চিংজবিশা অসি বৈষ্ণবশিংগী শ্রীচরণগী মরুন থুপ্লুনা চিংজবনি। কাংখ-খাঙ ওইনা মাঙথ্রগদবা কলা অসিবু ধর্ম্মগী ওইবা থৌরম খুদিংমক্তা য়াওহনবীদুনা মণিপুরগী লাইরিক থীবা-হাযবা কলাকারশিং অসিবু ভসি ফাওবা মথৌ তৌহনবিদুনা ঙাক-শেনবীরি হায়বা য়াই। মতুংদি শ্রাদ্ধ সোরাং, ফীরোয়, ধর্ম্মগী ওইবা উৎসব, লৈপাক্কী ওইবা অচৌবা থৌরম খুদিংমক্তা শরুক য়াহনবীরি। মরম অসিনা লাইরিক থীবা হায়বা কলাকারশিংগী ইমা ইপাদি বৈষ্ণব বৈষ্ণবীনা ওইবীরিবমক্নি। মচানা মমা মপাগী মফমদা হায়জবা অপাম্বা নিজবগুম্না তোল্লবা পাঙদ্রবা বৈষ্ণব বৈষ্ণবী পুম্নমক্না মনাই ওইবা পামজবা ঐনা মণিপুর লাইরিক থীবা-হায়বা কলাকারশিংগী ওইনা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী পুম্নমক্কী শ্রীচরণদা শরনাগতকা লোয়নননা

হায়জরি। মতুংদি হান্নদগীসু ঙাক শেনবীরক্ই। হৌজিকসু গুরুজনশিংনা থম্বীরম্বা পথাপ কায়না অরানবা তৌরকপা কলাকার ঐখোয়বু রাবকপিত্নুনা অচুম্বা লম্বীদা পুশিনবীত্নুনা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী অমদি ইবৈপাক্কী সেবা ফংহনবীয়ু। ধর্ম্মগী য়ুম্ফমদা মান্নবা থুন্নাই অমা শেম্বদা সহজোক পীবিয়ু।। ঐখোয়গী পাঙ্গল থৌনা হাঙ্গিল্লতুনা তুং কোইনা হিংজবা ঙম্বা কনা ওইহনবীয়ু হায়জবগা লোয়ননা পাম্বদি পামজরা. পঙবদি খম থেংনা পঙলবা ননাই ঐনা ইয়াদা নাপী চিক্কুনা, ইঙক্কা ফি হাপ্লুনা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী পুন্নমক্তা প্রার্থনাগা লোয়ননা কোটি কোটিরক হন্না হন্না দণ্ডবৎ কত্তুনা খুরুমজরি।

## মণিপুর সরকার অমদি প্রজা মীয়ামবু খুরুমজরি

হৌজিক হৌজিক লৈপাক্কী রায়েন খুৎজি, চুপ্পি পায়বীরিবা মণিপুর সরকার অমদি মকোক থোংবা কর্ম্মচারী, ধর্ম্মগী সংস্থানশিং, ধর্ম্মবু ঙাক-শেনবীরিবা খুন্নমক্কী মফমদা পাঙজবা শাস্ত্রগী জ্ঞানসু লৈজদবা ঐনা পুন্নমক্কী মফমদা ইকোক নোম্ন হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজরি। মরমদি—ধর্ম্ম হায়বসি ঈশ্বর খুদিংমক্তা য়াওদবা য়াম্রবা লম্বী অমনি। ধর্ম্মনা য়ুমফম ওইরবতদা লৈপাক্কী অপুনবা শক্তম ওইবা ঙমগনি খঙ্গে। মসিদা নহা ওইরিবশিংবু জ্ঞান তাহন্নবা তোৎনবা হায়র্বা দরকাররনি। ইনথৎলক্লিবা নহারোলশিংবু নৌরিইভেদগী হৌন লমচৎ শাজৎ মীনুংশি নিংথিনা তম্বীহৌরবদি শোয়মদা অক্কব

মান্নবা লৈপাক অমা শইরক্লনি। মরম অসিনা লাইরিক থীবা হায়বা কলানা ফোংদোকচরিবা গুণশিং অমদি অপগুণ-শিং অসিদি লেঙক্দবা শাত্রনা তাকপা পাওতাক ঙাক্লনি। মসিমু নহারোলশিংদা খঙহন্নবা হোৎনবা হায়বসি সরকারগী অচৌবা মতেং চঙই। সবকারনা ঐখোয়গী পাঙ্গল পীবিবা নত্তনদি ঐখোয় ঙাক্লনা হোৎনবনদি পাঙ্গল থোক্লে। মরম অসিনা লৈপাক্কী ওইবা অকবা ব্রাখল্লোন অমদি মীপুম থুদিংগী পুক্কি'বু অচুম্বা লম্বাদা পুশিল্লকবগীদনক ঐখোয়গী লাইরিক খাবা হায়ববু মু শিবীত্তবা অচৌবা মতেং পীবিত্তুনা লৈপাক শেম্বদা থৌদাং য়াহনবাযু হায়জবগা লোয়ননা সরকারগী মফমদা হন্না হন্না কোক নোক্লরি। অতুগা মণিপুর প্রজা ইচিন ইনাও, লাইগুরু, ইমা ইবেন অমদি নহারোলশিং, জাৎ বিজ্ঞাৎ খায়দনা পুম্নমক্কী নফমদা থুৎ লোন্নতুনা হায়জরি। চাংমী তশী, মুস্লিম ঐখোয় ইমুং অমত্তগী, ইমা অমত্তনা পোকপা ইচিন ইনাওনি। তুংশিনবত্তনা অচৌবা লৈপাক্কী শাক্তান। ঐখোয় পুম্নমক্কা লিংজেল মান্ননা অমগা অমগা সহুযোগ পীনতুনা পৃখিবীদা মণিপুরবু শক তাক্লবা হোৎনমিন্নসি। ঐখোয়গী লাইরিক থাবা হায়বা কলাবুসু প্রজা মীয়াম্মনা মতেং পাংবিত্তুনা লৈপাক্কী সেবা য়াওহনবিয়ু হায়না থুৎ লোন্নত্তুনা মীয়ামদা ভক্তি কৎচরি। হীবম থুদিং হন্না য়েংক্কৌসি।

## ত্রিতাপ (মৈচাক অহুম)

অধ্যাত্মিক, অধিদৈবিক, অধিভৌতিক, মৈচাক অহুম অসিনা জীব পুম্নমক্না পোকপা, শিবা হিংবা মতম পুম্নমক্তা চাক্লুনবা লৈবি। অধ্যাত্মিক তাপ হায়বা অসি মখল অনি থোকই। মখোদি—পুক্নিংগী মৈচাক, হকচাংগী ওইবা মপানগী মৈচাক, মপানগী মৈচাক্তি—মীওইবা জাবনা হকচাংদা ফংজিবা কোকচিকপা, ভাওবা, পূক থিনবা, থবাক্কী লায়না, স্বরগী লায়না লিঙ্গ গুহারী লায়না, মাৎ-নাহোংও নাত্তোন, খোঙ-খুৎ অাতসাব অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা ঐখোয়না খঙনরিবা উরিবা লায়না মখলশিং অসিবু অধ্যাত্মিক লায়না হায়না কৌই। মসিনা মপানগী ওইবা লায়নানি। পুক্নিংগী ওইবা অধ্যাত্মিক হায়রগনা কাম, অশাউবা, অকিবা, য়েক্নবা, লোনিংবা, অঙকপা, অন্নাবা, পুক্নিং নুংশিবা, নুংনাবা, মায়-খুবগী ন্নাবা, নাংঙমদবা, ফত্তবা ন্নাখলদগী পোকপা অন্নাবা মখল কয়া অমা লৈরি। মখক্তা হায়রিবা মখল কয়াগা অন্নাবা কয়া অসিবু অধ্যাত্মিক তাপ হায়না কৌই।

শা, উচেক, মী, পিশাচ লিন, তিংচা-য়াইতম, ভূৎ-প্রেত হায়রিবশিং অসিদগা মীওইবনা ফংলিবা অন্নাবা অদুবু অধ্যাত্মিক তাপ কৌই। অঙৈং-অশা, নোং-নুংশিৎ, নোংথাং বজ্র অসিনচিংবদগী পোকপা অকিবা অদুবু অধিদৈবিক তাপ কৌই।

জীবনা ইমাগী গর্ভ মনুংদা লৈবা মতমদা মখল কয়াগা

গর্ভদা লৈবা মতম (অমোংপা) যোমতুনা অমদি নৌরবা জীবগী হন্দচাং অতুর গর্ভগী উনশানা য়োমতুনা ঙমপক তাশিন্দুনা লেঙ-ঙৎপা ঙমদনা য়ানা খাঙতনা জীবনা লৈ। জীবনা গর্ভদা লৈরবগেদা ননানা চাবিবা অথাবা, অয়াকপা, অশাবা, অশিনবা চিঞ্জাকশিং অতুনা মবম ওইতুনা জানতুগী অৱাবা হেন্না চাওখৎলি। জীবনা মমাগী গর্ভ মনুংদা লৈবা মতমদা মলমুত্রনচিংবা লৈখোমগী মশক ওইবা মরক্তা লোঙ-হাইবা ঙমদনা য়ান্নুনা লৈ। কয়াদা য়ানা খাঙখ্রবনো? মতম অতুদা মুংশ স্বর হোনবা ফাওবা য়ারবা জীব অতুনা য়ামনবদগী দিব্যজ্ঞান অমা লাক্লে। মতম অতু থা ৭ শুবকপা মতম্নি। মতম অতুদা জীব অতনা খঙই। ঐনা মথক্কী মপোক কয়াদা পোকখ্রকপা ফত্তবা কর্মগী মতৈ ঐনা ফংবনি। অসুম্না নীংশিংবা দিব্য জ্ঞান্না লাক্কুনা জীবগী হৌরকফম মবুংঙো ভগবানবু নীংশিংলক্কুনা শবনাগাতঃ তৌজরকই। ইবুংঙো! জীবগী পিতা, হে ভগবান! মথক্কী মপোক কয়াদা জীব ঐনা নগাক্কী ননাইনি হায়বা কাওথোক্কুনা মায়াগী মনাই ওইরুবনা ঙাসি অৱাবা তাপ মপৈ অসি ফংজরিবনি। হন্দক্কি সংসার মপান হেক থোকপগা নঙগী চরণ থম্বালগদি কাওজখ্ররোইকে। অসুম্না শ্রীহরিবু নীংশি জবকপা মতম অতুমক্তদা গর্ভগী অৱাবা অতু কোক্কুনা হরিগা কৃপানা মুংঙাইজবো, থা তরেক্তগীদি অৱাবা কোকচরে। নাম শোন্দুনা অৱাবা থাঙবা ঙমজরে। অতুগী তুংদা অমুক সংসার থোক্লমদাই য়ৌরকপা মতমতুদা অমুক হেন্না য়াই। মতুদি জীবগী মমায়-মমিৎ মশা পুন্নমক

অদু শুক্র, শনিতনা মরম ওইদুনা ফাদুনা য়োমদুনা লৈ। অস্থিবন্ধন, প্রজাপত্য, গর্ভসঙ্কোচক, লৌবা মুংশিংনা মবন ওইদুনা হেন্ন-থোইনা অৱাবা ফংই। মতম অদুদা থোইদোক্না মপাঙ্গল কল্লবা স্মৃতি কৌবা মুশিং অদুনা জীব অদুবু মথাবোনদা ইন্থদুনা মকোক্না মং থাদুনা সংসার মপাল থোনক্লে। সংসার হেক থোক্লকপা মতম অদুদা ভগবান থাযনবদগী তুঁ আ তুঁ আঃ হায়না কপ্পি। জীবনা পোক্লবা মতুংদসু মপালগী মুংশিং লেংনবগী অৱাবনা ৱাইন্থ মথুগ মবনদি— মায়াগা অমুক হন্না থেংনদুনা মথক্কা গর্ভদা থা তবেত্তা নীংশিংঙম্বা "হন্দক্কি সংসারদা হেক পোকপগা চঙর্গা চবগ থাগ্রবোই, ঐ নংগী ননাইনি" খংহ্ম্বা অদু লোইনা কাওথোকখ্রে। মায়াগা সঙ্গ অমুক হৌখ্রে। (বাল্যগী অতা ওইরিবা নৌবিবা জীবগী হক্চাং অদুদা তিখনা পিনবগুম্ব' নমথি হানৈরবা অমাংবা (থি-যুং) কয়া অদুনা কাণ্ড-তুমিং কয়ানা চিকপগা অৱাবা মপৈ কয়া থাওদুনা মবন্নাই ওাক-থোকচবা ওমদনা তাদুনা লৈ। চাবা-থকপা মবম পুম্নমক্কা য়োকপি থাকপাবিরাশিং অদুগী মথা পোন্না হিই। অসুম তৌনা জীব অদুনা লৈথা তানা লৈপাক্কা তাদুনা তুমদুনতা কাণ্ড-তুমিং তিলনা চিকপগী অৱাবা মৈচাক থাওদুনা মশা কঙ্গবা ওমদনা অৱাবা থাওই। অসুম্না পোক্লবা মতুংদসু বাল্যদগী য়াম্না নৌবিগী অদুদসু অধিভৌতিকচিংবা মখল কয়াগী অৱাবা মৈচাক ফংদুনা লেল্লি। মায়ানা পীবা অজ্ঞানগী

মশক ওইবা অমম্বনা কুপথ্রবা অপণ্ডবা জীবগী রাখলনা ঐ কদাইদগী লাকপনো. ঐ কনানো, ঐ কদাইদা চৎকনি, জীব ঐগী মকুপ কাদনো হ্নবা খজিক্কং ফাওবা খণ্ডজবা ভমদে। করি যৌবানা ঐনু পুল্লিকনো: সংসারগী মশক বন্দিশঙ অসিদা পুন্দুনা করি মবননগী নৈবিবনো ? অবেম্বদা অরাবা মপৈবু নংঙাইবা ওইনা নিংথুনা অরাবগী চিঙ্গাক চারি। ঐনা করি তৌকম থোকপগে, তৌবোইদবনা করিনো. ঙাবা য়াবা য়াদবনা করিনো ? পম্মনা করিনো। অধর্ম্ম হায়বহুনা কদাইবুনা ? করি খনকম থোকপগে ? করম্বা লম্বী চৎপনা ঐগী পাম্বিনো ? কবম্বা থবক্তা দোযনো ? কবম্বা থবক তৌবনা গুণ ওইগদগে ? অস্থুম্না মখল কয়াগী রাখল অসি খনবা ভমহৌদবনা পুন্সি অসি হৌখ্রে। কৌমারগী মতম অহু ফাওবা বিদ্যানচিংবা তম্বা হোৎনরিডেদা ভগবানবু নীংশিংহৌদ্রে। মথোং কাবক্লবা (কৈশব) চংঙকপদগী অমুক হেন্না মায়াগা নকশিন্নবা হেল্লি। মতম অসিদি (শিশ্নোদর পরায়ন) রমনি সঙ্গ, কাম লীলাগী নুপা-নুপী অনীদা পুক্নিং চংনবা থম থেংবা মতম্নি। মরম অহুনা মবুংঙোবু নীংশিংখিদে। যৌবনগী মতম অদুদসু জীব অপুনা নতোমতা ওইনা লৈরম্বদগী মচা-মগু ঐগী হায়না পাকথোক চাগথোকলক্কুনা শুক্কা মচা ময়ানগা লোয়ননা ফংত্রবা অমাংবনু অমৃতগুম খন্দুনা চাবগুম্না বিষয়গী মশক হু চাদুনা নি ঙাইদনা মচা-মগুগী কুম্মৈ য়েংদুনা মখোয়গী-দমক নোংজু-নুংশা খাণ্ডদুনা পাপ কয়া তানশিন্দুনা অরাববু

হুংঙাইবনি খন্দুনা মপুন্সি হৌখ্রে। ভগবানবু নীংশিংলুদে। মতুং অসিদি বৃদ্ধ বয়স (অহনুবা) পাঙ্গল বুদ্ধ ফঙ্‌গ্রবা ইন্দ্রিয়-শিংগী শক্তি লৈরক্ত্রবা তকচারুস্‌ পুক্নিংসু নহাল গর্ভদগী থোরক্লকপদা ডাইবিবৈদা মখিবা ওরাবা মপৈ অনুবসু হন্না ফংডৈ। মসিগী খেল্লবা পুন্সি খবসিগা মনুদসু অধিভৌতিক্রু-চিবদগী ফংবা মৈচাক কয়া অমসু ফংদুনা লাক্লবনি। মদুদি মচা-মশু কায়নবগা মৈ, মনা মপা নাবনবা, লল মাঙবা, মানা লাকচবা, তবচাংগা লাযনা নয়া অসিনচিংবা অরাবা মপৈ মপৈ থেংনদুনা লাকইবনি মদু যৌনা রাবক ও জীনদুনা নীংশিংদে। মবুংঙোব্ নাংশিংবগী মহুত্তা কান্নদে খঙলবমক্তদা মতোমতগা স্বব ফাওবা হোনবা রাজনবা নানা মচা-মশুগীদা খন্দুনা লৈ। মদু অতৈনা নক্ত পেনবা নাইদবী মানুশি খঙদবা মায়ানা খলহনলিবনি। মসিগী মনুংদা বনা নীনাওস্বা পূর্ব্ব সংস্কার তৌজরকপা মা অমুদ নংশি বা ঙমজে অদুগুম্বা মাওইদি জগৎতা ভাঙই, মশীং য়ামদে, মখোয় অদুদ পূর্ব্বাসাদ্ধ ওইবা কৃষ্ণ কৃপা পাত্র কৌই। অদুগুম্বা পণ্ডিৎ ওহরবা মীশক অদুনা জ্ঞান বৈরাগ্য থম্মে য়দা পোক্তুনা পুক্নিং খন-থেংনা ফাজিন্দুনা থম্বা ঙম্মা। আধিভৌতিক্রুচিংবা মৈচাওগী লাম্নোব-হৌনবা উপায় অমনা সাধুসঙ্গনি। সৎ সঙ্গদগী মীওইবগী মপোক ফংজরিবৈদা অশিংবা মীওইবশিংনা ত্রিতাপকী লায়না কোক্লবা লায়েংজহৌগান। সাধুগা তিন্নজবদগী ত্রিতাপ কোক্লবা মবন তাকপীবিবা ভক্তি গ্রন্থ তাজবকই। ভক্তিগী লাইরিকশিংনা

তাকপীবিবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখ বাক্যমক্তনি। কৃষ্ণনা তাকপমক্তনি। কৃষ্ণগী মশক লাইবিক্তি।

তথাহি মুনি বাক্যং

শ্রুতিশ্মাতা পৃষ্টা দিশতি ভবদারাধনবিধিং।
যথা মাতুর্ব্বানী স্মৃতিরপি তথা বক্তি ভগিনী॥
পুরানাদ্যা যেবা সহজনিবহাস্তে তদনুগা।
অত সত্যং জ্ঞাতং মুরহর ভবানেব শরনং॥

অস্যার্থ— শ্রুতি কৌবী ইমাগী মফমদা হংজকই— ইমা এবু করি ইথৌ তৌহৌসিগে? ইমানা তাকপী। ভগবান নঙবু নিংনবা, সেবা তৌজনবা লম্বা। ইমাগী মনাক নুপী স্মৃতি ইন্দোনদা অনক হংজরুই মহুদসু ইমানা তাকপীবগুম্না হরি নঙবু নিংজো তাকপীবে। অতৈ অতৈ পুরাণ উপ পুরান্নাচংবা ঋষি-মতাশিংদা হংজবদসু নহাক্তু সেবা তৌজো হায়না লোইনমক্না তাকপাবে। মরম পুম্নমক অসি লৈবনা হে ভগবান হৌর্জিক্তি খঙজবে ভগবান ওইবা ইবুংঙোনা অরেপ্পা মাঙদবান। হে কৃষ্ণ বক্ত্যা বক্তা ওইবা নঙোন্দা চঙ-জবি। অসুম্না সাধুগা তিনজরুবগী ফলনা মায়ানা কাওহল্লুবা ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু নাংশিংজবক্তুনা সাধুগী মতৌ তম্জ-হুনা শ্রবন কৃর্ত্তন তৌজবকই। শ্রবন কৃর্ত্তনদগী কৃষ্ণব শাক খঙজরক্তুনা প্রেম ফংজৈ, প্রেম্না মমল ওইহুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংজরে। কৃষ্ণবু খঙজরবা মী অহুদি ত্রিতাপ লৈত্রে, মৈচাক কোবচরে।

(তথাহি ভক্তি রসামৃতসিন্ধৌ শ্রীরূপ বাক্যং)

কমাদীনাং কতিন কতিধা পালিতা দুর্নিদেশা।
স্তেষাং জাতা ময়ি ন করুনা নত্রপা নোপশান্তি।
উৎসৃজ্যৈতামথ যদুপতে সাম্প্রতং লব্ধবুদ্ধি
স্ত্বামায়াতঃ শরনমভয়ং মাং নিযুনক্ষ্বাত্মদাস্যে।।

অস্যার্থ যথা = কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, মাৎস্বর্য্যঃ— মখোয়শিং অসিগী মনাই ওইদুনা মখোয়না হায়বদা ইন্দুনা মতম কুইনা পাওখোল্লোই ওইনা লৈরুরে। অদুবু পেনবীবস্তু নাইদে, ইকায় খওবস্তু লৈতে, পোৎথাহনবস্তু নাইদে. মুংশিবী-রকপস্তু মুংশিবীরক্তে। (হে যদুপতি) হে কৃষ্ণ—ঐামনবদগী হৌজিক্তি জ্ঞান ফংজরক্তুনা ওাকপীহৈবা নহাক্কী চরণ শরনলদা চওজরক্লবনি, চওজরকপবু কিদবা পিনহৈবা ইবুংঙো নহাক্তা নওগী ননাই ওইবীদুনা নহাক্কী সেবা ফংহনবীয়ু।

কাম (আনঙ্গ তাপ) মশক মতৌ ফজবা উবদগী মতুবু সঙ্গ ওইনি বনা অরেম্বদা পুক্লিং ইথক হৌহন্দুনা খোরাংঙ্গুবদগী মাওবা। ক্রোধ (অশাউবা) শাউবা হায়বসি যমগী মশাক্তি। অশাউবনা পুন্সি ময়েং তাহাল্ল, ব্যবহার লৈহন্দে, মৈনা চাক-পদা তুম্বগুম্না অফ-ফত্তা খওদনা পুতুন তুম্মনবা ওম্মী। লোভ (লৌানংবা, অপাম্বা)—সনা-লুপা, ফুরা-দলান, ফীজেৎ-লৈতেং অসিনচিংবা মায়াগী ওইবা লেপ্তুবা পোত্তা য়াম্না হেন্না মীহৌবা মোহ (ভকপা)— ইচা-ইশু পরিবার চাওখৎপা অমদি য়াম্না

ফংঙু বগী মুংঙাইবা. মাঙখিবদগী র্রাবা অসিনচিংবা। মদ (ময়াইকাবা)—ইনাক থুনবনা নিংথৌ মস্ত্রী ওইবা, মহৈ হৈবা, মশক ফজবা জত্তি বর্ণ অর্রাংবদা পোকপা হায়বা নাপল। মার্শ্বর্য (চণ্ডালগী) ওইবা রাখল মীগী র্রাখল, মীগী ফত্তনবা থনবা, চিরোন তৌবা, মাতোমতগী মুংঙাইনবা থনবা, মীবু হাৎনবা শারৌ শিনবা হৈবা, পাপকী র্রাখন্দা থনবা মথক্তা হায়রিবা তরুক অসিদি জীবগী খাইদগী চাওবা য়েরুবনি। মখোয় ৬ অসিদি পোকপা-শিবা-হিংবা মতম পুন্নমক্তা জীবগী থম্মোয়দা শুকথা থাদোক্তনা লৈরি। কৃষ্ণগী মনাই ওইবা জীববু মখোয় তরুক্তা কাওবা পাওতাক পীদুনা র্রাহল্লি। জীবগী শক্তিনা মতোমতনা নাম্বোকপা ঙমজদে।

(গীতা অধ্যায় ৭। ১৪ শ্লোক)

দৈবী হোষা গুণময়ী মম মায়া দুরত্যায়া।
মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তিতে।।

অস্যার্থ যথা— হে অর্জ্জুন— কৃষ্ণ ঐগী মায়া কৌবীদো য়াম্না তৌবা ওন্বা শক্তি লৈবীনি। সত্ব, রজ, তম গুণগী মশক ওইবীনি। মীওইবনা মাবু থাদোকপা শুকঙম ঙম্মদে। অসিগুম্বী মায়াসিদগী নাম্বোকপা ঙমগনবদি— কনাগুম্বা ভক্ত অদুনা পুক্লিং অনী লোঙদনা কৃষ্ণ ঐভোন্দতা চঙজরক্রবদি অসিগুম্বী মায়াদগী নাম্বোকপা ঙমজগদবা ওই।

( শ্রীভাগবত—স্কন্ধ ২। অধ্যায় ৫—ব্রহ্মানা নারদা তাকপা )

বিলজ্জমানয়া যস্য স্থাতুমীক্ষাপথেঽমুয়া।
বিমোহিতা বিকত্থন্তে মমাহমিতি দুর্ধিয়ঃ।।

অস্যার্থ যথা—ব্রহ্মানা নারদদা হায় ? হে নারদ—ভগবানগী মাঙদা ইকাইজবনা লেপচবা ফাঙবা ঙমদ্রবী মায়া অসিনা জীববু শুঙ্কাৎপীদনুনা মাগী নত্তবা অরেম্বা পোৎ পুম্নমকপু ঐগীনি হায়হনদনুনা ব্রাহনবীরি।

মসিগী থোইদোকপা মরমদি—জাবনা মচা-মশু, মতু-মরা, মচিন-মনাও, লৌরি-গুম্ফম মহাক্কী হকচাং পুম্নমক অসিবু মাগীনি হায়না খঙই। ঐগী ইচা, ঐগী মুপা, ঐগী ইগম, ঐগী লৌ, ঐগী ইংখোল, ঐগী হকচাং অসুম্না মাগী নত্তবা অরেম্বা লৈত্তবা নোংমা মাঙখিগদবা লৈববা হুন্দোক্নগদবা ময়ানা উহনবা নানম্বা অহুবদি মাগীনি হায়না চেৎনা থাজবি। মতুগীদমক থবায় ফাওবা থাদোকপা ঙম্মী, মতু কনানা তৌ-হল্লিবনো হায়রবদি লাওঙম-ফাঙমদ্রবী পীজরিমখৈ ঙকপা, পেলহনবা ঙমদবী মখা লাওরবী মায়ানা থনহনবমক্তনি। মসিদগী হায়বাদ মায়াদগী লাম্লোকপা ঙমগদবা উপায় অহুস্লু শাস্ত্রনা সম্বন্ধ ওইহুনা জীবদা শন্দোক্না তাকপীরি। মতুবু ঐখোয়না থিরুদবদগা খঙদহুনা অরাবনা থল্লবা মায়াগী খয়াত্তা তাহুনা হঞ্জিন-হাঞ্জন পোকপা শিবা ব্রাহুনতা লৈরে ! রমায়ন লঙ্কা কাওদা— বিভীষন বৈষ্ণবনা ময়াম্বা রাবন্দা জগন্মাতা

সীতাবু শ্রীরামদা কংলুসি লামদি মী নত্তে ঈশ্বরনি, ঐখোয়গা লাল থেংনবা য়াবেই। বংশ অসি রামগা যেক্করনদি তুম্না তারে হায়না হঙ্গংলুরদা রাবন্না শাগুত্না সভা মনাংদা হৈগংতুনা বিভিষন বৈষ্ণবনী লাইবক্তা মখোগনা কাগুশি। মতুদা রাবৌনরা বিভিষন্না লঙ্কা থাদোক্লুনা চংথ্রগা সমুদ্র নাংমদা সমুদ্র থিবা লাক্লিবা শ্রীরামচন্দ্রদা থাজনবা রাশক মরী শক্লুনা চত্তজরকই। মতুদা মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মন্না য়ানি খিদে অসুম্না বানদা হঙ্গংখি -থাজনিরুন্তু প্রভু ! ফত্তবা লৌনম চাগুবা মবৌ লৈবা হি চাবানি। তাং গৌতুনা চান্নশল্লগা ঐখোয়বু মাঙহনদা লাদপা রাবনগা হেক পোকমিন্নবা মনাগনি।

শ্রীরাম বাক্যম্ যথা—।

সকৃদেব প্রপন্নো যস্তবাস্মীতি চ যাচতে।
অভয়ং সর্ব্বদা তস্মৈ দদাম্যেতদ্ ব্রতং মম।।

শ্রীরামনা মনাও লক্ষ্মন্দা খুমখিবা রাহৈন। মথক্কী শ্লোক অসি শ্রীরামনা খুমখি—ইনাও যুবরাজ ! রাম ঐগী লেঙদ্রেন রাশক অনা মতমচুক্নদা লেঙহন্দনা নৈ। মতুদি কনাগুম্বা মী অতুনা য়েক্করব চইররস্তু, শন্ন পন্নহৈদবা য়াম্না গোল্লবস্তু চইসনু ন। অতুনবু ঐ অসি রাম নহাক্কী চইজরবনি হায়না রাহৈনা অমত্ত হায়তুনা চত্তজরক্লবা মাবু ঐনা থৱায় ফাগুবা পীথোক্লুনা কিদবা পাতুনা তাকপীবা কনবা হায়বাসে রাম ঐগী লেঙদ্রবা রাশাক্ত। অসুম্না পাওখুম পাতুনা বিভিষনবু কোনবিতুনা মনাই ভক্ত চইবীখি।

মথক্তা পীরিবা সিদ্ধান্ত অসিনা মরম ওইহনা মীওইনা পোকচবা ফংলিঙে মপোক অসিদা মায়াদগী নাম্থোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই অমুক্তং ওইজহৌবা ডনজরবদি ত্রিতাপকী লায়না কোকচহনা তাবা নাইদ্রবা, মাঙবা লৈতবা ভগবানগী নিত্যধাম ফংজগনি। পুম্নমক অসি উবক্কদনবদি সাধুসঙ্গ তৌজবগনা উবক্কনি। সাধুসঙ্গ নত্তনদি মখানা ফংচিন্নবা জীবনা মবন্নাই মত্তোমত্তনা শ্রীকৃষ্ণ শক খঙবা ডনদে। মাদুনা তাকপীবা পাণ্ডুতাক্কী মোংলদ জীবগী থম্মোয়দ চামথোকপীহনা ভক্তিগী মঙাল ফাওরকই।

ভাগবত। ১০। ৫১। ৩৫ শ্লোক। কৃষ্ণদা মুচুকুন্দনা হায়খি।

ভবাপবর্গোভ্রমতোযদা ভবেৎ
জনস্য তর্হ্যা চ্যুতসৎসমাগমঃ
সৎসঙ্গমো যর্হি তদৈব সদ্গতৌ,
পরাবরেশে ত্বয়ি জায়তে রতিঃ॥

অস্যার্থ যথা- নোংমা মুচুকুন্দনা শ্রীকৃষ্ণগী চরনদা সাধু-সঙ্গদগী ফংবা ফল হঙ্গংখি। হে কৃষ্ণ! সংসারদা পোকপা শিবনা কোয়রিবা জাব অহুদা করিগুম্বা নহাক্কী কৃপানা সংসার লাঙ্গো হায়বা লাক্লবদি সাধু সঙ্গ হায়বা অমা শোইদনা ফংজরনই। সাধু সঙ্গ ফংজরক্লবদি—অংথাইবা (গতি) লমচং ফংজরক্তুনা পুম্নমক্তগী অথোইবা ইবুংঙো নঙোন্দা নহাক্কী চরণদা থাজবা মুংশিবা মাগী থম্মোয়দা পোকচে। নহাক্কী চরণদু থাজবা অমদি মুংশিজরবদি শোয়দনা সংসার লাঙ্গরে।

( শ্রীভাগবত ৯। ১০। ১৩। সৌনকচিংবদা সূতনা হায়খি )

তুলয়াম লবেনাপি ন স্বর্গং নাপুনর্ভবং।
ভগবৎসঙ্গিসঙ্গস্য মর্ত্যানাং কিমুতাশিষঃ।।

অদুগী অর্থ যথা— কৃষ্ণগী মনাই ভক্তগা থজিক্তং সঙ্গ ফংজবগী ফগী স্বর্গ ফংবগী ফল মোক্ষ ফংবগী ফলগা চাওবা চাংদম্নবা য়াদে। মাওইবনা মাওবা লাইবা নিংথৌ মন্ত্রী ওইবগাদি পদাইগী চাংদম্নবা য়াগদগে। মথক্তা হায়রিবা শাস্ত্রগী প্রমাণ অসিনা তাক্লে। মাওইবনা মপোক অসিদা ত্রিতাপ কোক্লবা লায়েংজহৌগে হায়রবদি সাপ বৈদ্যগী মখোওদা চঙজহনা লায়েংহৌগদবা ওহ। ইন্দকপু মাওইনা পোকইঔসিদা লায়েং-হৌদ্রবদি পাপ, তাপ, রোগ কয়া ফংহনা মথাগী মপোক কয়াদা অমুক হন্না মায়াগী মনাই ওইহনা অরাবা মপৈ মপৈ সোয়দনা ফংহন্নিগনি মরম অসিদগী মাওইবনা মীওইবগী মপোক ফংনিংডা এ কনানো; এ পদায়দগী হৌবকপনো। এনা হালাইডা কার ইথৌদা তৌহৌকম থোকপগে এগা লমথুংদম কদাইদনো হায়বাসি থিজন্দুনা ত্রিতাপ কোত্তুনা মায়াদগা লাক্লোকুবা তোংনতৌগদব। নপাক। পুন্নমক অসি থওগদবদি— সাধুগা তিন্নজবা, সাধুগী লমচং তনজনবগা থজেবা ওমগনি। বৈষ্ণবকী চিহ্ন সাধু বৈষ্ণব হায়বাসদা গুণ কয়ানা চঙহনা লৈ। গুণশিং অদু দ— অরাবা কয়ার থাংডবা, খোজালহৈবা, জীব পুন্নম। পুন্নরূপ ওইনা খনবা ওব। কনাগুম্বগা য়েন্নদবা, নাপন

লৈতবা, পুকচেল্লা ত্তিংবা, অশাউবা লৈতবা, তপথবা, পেন্থোক-পা ওস্বা, পীনহৈবা, ঙাকপীহৈবা হায়বিবা গুণশিংসি বৈষ্ণবতা লৈ। শ্রীভগবতগীতা— অ ১২। শ্লোক ১৩ দা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপি। হে সখে অর্জুন মী অমুনা জীব পুন্নমক্তা যেন্নবা লৈতবা, মকুপ ওইনা উবা, নুংশিহৈবা, ঐগী হায়বা থমদবা, নাপল লৈতবা, অন্না-নুংঙাই অনী চপ মান্ননা উবা, ঙাকপীহৈবা পেন্থোকপা ওস্বা, পুক্নিং অমত্তা ওইনা মান্ননা থম্বা ওস্বা পুক্নিং লাকশিনবা, চেৎপা, মাগী পুক্নিং হকচাং কৃষ্ণ ঐহোন্দা পাথোকপা, ঐহোন্দা মায় ওনশিনবা, হায়বদি সেবা তৌবকপা অমুওস্বা মী মহাক অমু ঐনা চাল্লি। মানস্থ মহোন্দা অকিবা পীরুদবা, মীবুস্থ মানা কিকদবা, য়াম্না হেন্না হবাওবা, যাম্না ৱাবা থাদোকপা। উদ্বেগ (পুক্নিং অয়িংবা) থাদোকপা মহাক অমু ঐনা চাল্লি। মহাক্না লাবাপ্ত (যেংদবা ওস্বা) লেংবা, চেকশিনবা, পুক্নিং বকপা, অন্নবা থাদোকপা, খোৱা চাউবা থাদোকপা, অমুওস্বা ভক্ত অমু ঐগী অচানবান। মহাক অমুনা য়াম্না ফওউদ হায়বগীস্থ হবাওকদবা, ককনাবুস্থ যেন্নরুদবা, য়াম্না হেন্না পুক্নিং নুংশিবা তৌদবা, য়াম্না হেন্না মীগী মপোৎ মীহৌরুদবা, খোৱাংলুদবা, মঙোল ওইবা ওইদবা চপ মান্ননা উবা অসুম তোনা তাও লৈবা মী অমু ঐগী চান্নবান। য়েক্নবা, মকুপ অনীগী মকমদা চপ মান্ননা উবা, অইং-অশা অন্না-নুংঙাই চপ মান্ননা খনবা, মাগী ত্তিন্নবনি হায়বা থমদবা, চৈব, থাগৎপা অনানকপু চপ মান্ননা খওবা ওস্বা, অবেপ্দা ৱায়াম ঙাংদবা,

চান-থরকবা, কৌ-য়োল লৈতেং খরা ফংবদা অফংবা খরহুনা পেন্তোকপা, ঐগীনি হায়বা য়ুম থমদবা, পুক্কিং তপ্পা, ভক্তি লৈবা জাবদো ঐনা মাবু চাল্লি। অসিগুম্বা মথক্তা হায়খিবা ধর্ম্মগী অমৃত অসিবু থকইবা হায়র্বদি থাজনা চৎলবা কৃষ্ণ ঐগোন্দা থাজনা নায় গুনশিল্লবপা মী খিবক অতুদি ঐনা থোয়দোক-তেন্দোক্না হুশি। ঐনা মখোয়বু চাল্লি। মথক্তা হায়বিবা কৃষ্ণগী পাণ্ডাক অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ওম্মে—মহৃদি বৈষ্ণব ওইবগী চিহ্ন (খুদম) অতুগুম্বা বৈষ্ণব অতুগা পুন্নজবা অমদি সেবা তৌজবা ফংবা হায়বসি ফঙমদবা অতাওবনি। দেবহূতি ইমানা কপিলদেব মচা ইবুংঙোদা নোংমা অহুম্না হংই। ইবুংঙো নহাক্না খংঙমদ্রবা আগাধ ওইবা গুণ লীলা মপৈবু মায়ানা ফাজিনবীরিবা পিকথ্রবা জাবনা কমদোনা খঙবা ঙমগদগে? মচু ইমাদা তাকউ। কপিল ভগবান্না অস্থুম্না খুমখি - অংপ্পা মুক্তিনা তিনবা হে ইমা! জীবনা ঐবু শক খঙবা ঙম্মকদবাদ—বৈষ্ণব সঙ্গ তৌজহুনা সাধুগী তুং ইঙ্গরক্লবা বৈষ্ণবকী পাণ্ডাকপু পুক্কিং চঙনা তাজবা বৈষ্ণবপু থাজনা সেবা তৌজবা থম্মোয় অমাদ নাকৈবু য়েন্নিং হুনহনবা ওম্বা ঐগী গুণ লীলা তাবা অমাদ শক-শে ল্লবহদা পুক্কিং লুপচরক্লবা মতম অতুতদা য়াম্না চিংঙনদা নায়া কোক্নুনা অরানবা ফংনবা লম্বীদা থাজবা অমাদ অপাম্বনা মথং মথং চাউথংলকনি। থাজবা অপাম্বনা খম ধেংঙকপদগী হুংশিবা ভাব ফাওবক্নুনা ভগবানগী গুণ মপৈবু বৈষ্ণবতুনা লাইনা

খঙজবা ঙম্মী। মরম পুম্নমক অসি লৈবনা মী ওইনা পোক-চানবগী মপোকসিদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা পুরা, চংজবা মাবু নুংশিবা ওন্নবা লম্বা লৈজহৌবা হায়বা অসি মাওইবা ঐখোয়গী ইহান হান্না তমজহৌগদবা খাজনহৌগদবমক্তি। কৃষ্ণগা মান্নবা পীনহৌবা ঙাকপাহৌবা মবুংঙো অমা জগৎতা লৈত্রে। অক্রূরনা খুন্দা অস্তুম্না হঙ্গংলি—হে ভগবান! নবঙ্গা ইবুংঙোগী গুণবু খঙজবা পণ্ডিৎ ওইবা মী অত্তুনা নহাক্কী চরণ থম্বালদা চঙজবা নত্তনা কনাগী মখোঙদা চঙজকগদগে? অবেম্না ঙাঙবা, চানবি-হৈবা, তৌবীমন খঙবা (সতা লৈবা) ভক্তগী অপাম্বা পুম্নমক লোইনা পীথোকপিবদা ইনংঙো নশাকাওবা মখাক থমদনা লোইনা পীথোকপি। মতুদা ইবুংঙোগী ময়েং তাবা তাদবা হায়না কবিনত্তা লৈতে। মরমশিংসিনা ঙাক্লে শ্রীকৃষ্ণগুম্না পীনহৌবা মবুংঙো অমা জগৎতা লৈতে। জীবদি পোকপদগী নামন মপৈ অমা লোল্লকই। মহুম্বু হন্দক মা ওইনা পোক্লি-ঙৈদা শিংঙৌবা তাই। পাপ নখল মবু সুঙ্গ জ্বাবনা চাবি। মহুদি—প্রাবক্কং, বিজং, কুত্তং, ফলোন মুখি। মথক্কী মপোক্তা তৌরনপা, তৌজিনমক তৌরবা, চাবা তৌববা, মখাগী মপোক্তা চাকগদবা। হায়রিবা পাপ নখল মবু অসিমস্তু জ্বাবনা ফংলিবনি পুম্নমক অসি কারণ করম তৌজবগা তেল্লবা মীওইবগী পুন্সি ঙাইহাক্তং অসদা কোরকপা হোৎনহৌগদগে? কর্ম্ম, ধর্ম্ম, যোগ, জ্ঞান, শাস্ত্রনা তাকইবা অসি কলিদা পোকপা ঐখোয়না ঙম্মবোই। কলি জীবদি অন্নগত প্রাণ। চিঙ্গাক্তা

থবায লৈ ) মরম অসিনা বলিদদি (ভক্তিনা) ভক্তি যোগনা পুংথোক থোইবনি। সদগুরু পদাশ্রয়ঃ প্রনালিকা লৌজহনা ভক্তবু চংচববদি -হরিনামবু মুংশিনা বাঙ্ক লৈনা শোঞ্জববা বৈষ্ণব অতুনা তৌদবা পুন্য লৈদ্রে।

শ্রীভাগবত –। ৩ঃ। ৭। শ্লোক।

অহোবত ! শ্বপচোঽতো গরিয়ান্ যজ্জিহ্বাগ্রে বর্ত্ততে নাম তুভ্যম্।
তেপুস্তপস্তে জুহুবুঃ সস্নুরার্যা ব্রহ্মানূচুর্নাম গৃনন্তি যে তে।।

অস্যার্থ যথা— দেবহূতি মাতানা ভগবান কপিলদেবদা হায়খি— ইবুংঙো ইমাগী কপিলদেব! কনাগুম্বা মী অতুনা নঙগী নামবু তুংশিনা শোঞ্জববদি মানা তৌদবা ধর্ম্ম কর্ম্ম লৈদ্রে। তপ তৌবা, গঙ্গা স্নান, হোম, বেদ হন্বা পুম্নমক অয়্যা হায়বহুস্মু তুইবে। নামবু তুংশিনা শোঞ্জবনা পুন্য কর্ম্ম পুম্নমক মী অতুনা লোইনা তৌববনি। মরম অসি লৈবনা ভক্তিনা পুম্নমক্তগী অথোইবনি। কেবলজ্ঞানস্মু ভক্তিবু যাংদ্রবদি মুক্তি ফংইবা যাদে, কর্ম্মগী মইহনস্মু ভক্তি য়াংদ্রবদি হায়বদি কৃষ্ণদা কংপা নদ্রবদি অবেস্মদা য়ানবা, মরল তিংনবা তৌবা কর্ম্মনি। ভক্তিবু চংচববদি নমচং ফজবস্মু মতৌমত্তা চঙজবদ্রে। ধর্ম্মবু তোঙানা তৌকদ্রবস্মু সৎকর্ম্ম তোঙানা তৌকদ্রবস্মু ভক্তিদদি পুম্নমক অসি লোইনা শুনা চঙজবকই। অদুগা মথক্তা পনাখবা লমন মপে অতুস্মু লোইনা শিংজহৌবে। পোবপা-শিবা বারবা লৈতনা

চাক্কুনা লৈরিবা তিতাপ অধ্যাত্মিকরুচি'বা মৈচাক চঙত্রে। কৃষ্ণ ভক্তিগী মণ্ডাল লানপদা কৃষ্ণ নুংশিবা চেক তৌবকপদা কুমিংকী মণ্ডাল যাওবকপদা কুমিং মশক উপ্রিরৈঙৌ অমম্বা মপৈ মাঙ-খিবগুম্বা ঐনা থাদোকপা ঙমদনা লৈরনপা। মায়া কৌবী হিংচাবী অত্তুসু মতোমদা চেনত্রগনি।

ভাগবত। স্কন্ধ ৪। ৩১। ৯ শ্লোক—প্রচেতসতা নারদনা হায়খি—

যথা তরোর্মূল নিষেচনেন. তৃপ্যন্তি তৎস্কন্ধ ভুজোপশাখাঃ।
প্রাণোপহারাচ্চ যথেন্দ্রিয়ানাং তথৈব সর্ব্বার্হণ মচ্যুতেজ্যা।।

অস্যার্থ যথা— পাম্বীগী মখোঙদা ঈশিং চাইবগা মশা অচৌবা মচা মনাওনচিংবা পুম্নমক য়েন্নিং লোইনা হুন্নি। লৈয়েনা মহাও লোত্তুনা চাবদগী মীৎ, নাকোং নাতোন উনশা তোং শাক ইন্দ্রিয় পুম্নমক নোয়-পেল্লি। শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা সেবা তৌজবগা লাইগী লমন, পিতৃলোকী লমন লোইবা নাইত্রবা ইমা ইপাগী লমন, ঋষিগী লমন. শাগৈগী লমন হায়রিবা লমন পুম্নমক লোইনা শিংজহৌবনারু। মরমদি— পুম্নমক্কা চৌরকফম হঞ্জিনফম শ্রীকৃষ্ণনি।

গীতা অধ্যায় ১৮। ৬৭ শ্লোক্তা কৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকপি।

সর্ব্বধর্ম্মাণপরিত্যজ্য মামেকং শরনংব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচ।।

অস্যার্থ মথা— অতৈ ধর্ম্ম পুম্নমক নশাগী ওইনা তৌবা থাদোক্লগা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজো। মুংনাংগনু অত্তুমতোনা

ঐগোন্দা। চঙজরবদি নঙগী পাপ পুন্নমক বোকপিন্নুনা নহারপু লানবীগনি। মথক্তা পীবিবা শাস্ত্রগী য়ুক্তিশিং অসি লৈবনা। ঐখোয়না বিচাব তৌগদবদি— কৃষ্ণ সেবা তৌজবতনা, ভক্তিতনা পুন্নমক্তুগী লমন শিংজবা ঙমগনি। ত্রিতাপ মৈচাক অসিদগী নাম্থোকচহৌদুনা ভাব লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংজন্দুনা মপুগা লোয়নননা হিংজবা মনাই ওইবা য়ংগনি।

পবম পুরুষ ভগবানগী শ্রীমুখ, পাম্বোম, ফৈগল, চবন্দগী, ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রী, বৈশ্য, শূদ্র, হায়বা বর্ণ মরিমক অসি সত্ব, বজ, তম গুণগা লোয়নননা (পোকপনি) পুথোক্লকপনি। মবম অসিনা জীবগী মপাদ ভগবাননি। মবম অসিনা মহাক্কী মবুংঙো, মপা ওইবা কৃষ্ণবু সেবা তৌহৌদ্রবদি, নিংহৌদ্রবদি ফম ব্রাংনা পোকপা মপোক ফংঙবরগু ফম তাবগুন্না নোরোক তাগদবা ওই মসিদা চিংনিংঙাই লৈতে।

নোংনা হিবন্যকশিক নিংথৌনা মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদদা গুরুদগী হবি কবি তম্মক্লবগে ইপাদা তম্মু হংলম্মী। মসি তাবদা প্রহ্লাদ বৈষ্ণবনা মুংশিনা থম্মী। পাবুং মহারাজ ঐগী ইপাদি গুরুজন ওইবনি। মবম অসিনা সংসাব অসিদা মচি ওইবা পোত্তি শ্রীহরিতনি। হবি নত্তবা জীবগী সম্বন্ধ অমা লৈতে। ঐগী ওইনা ফগদবা মবম অদু হায়জগে, তাবীয়ু — হরি মাগা নামগুণ তাজহৌবা, মাগী নাম ওম্মিবা নখৈ শোঞ্জহৌবা, ইবুংঙো মাগা চরণ থম্বাল নিংজহৌবা, মাগী চবণ সেবা তৌজবা, মাবু পূজা তৌজবা, খুরুমজবা, মাগী মনাইনি হায়না পুন্সি অসি থমজবা, মাতনা ঐগী মরুপনিকো হায়না

থাজবা থমজবা, ইশা অসি মশোন্দা লোইনা কথোকচবা (আত্মানিবেদন) তৌজবা হায়বিবা নববিধা ভক্তি মখল মাপন অসিনা মশোন্দা কংথোকচবা ঙমজববদি—মীওইনা পোকচবগী মপোক মহৈ যাল্লবনি। মসিনা মথোইবে। মসি নত্তবা জীবগী অংতোপ্পা অমা অমুক লৈত্রে। অসুম্না খুমখি। দূর্গা দেবীদা মহাদেবনা মসিমসু তাকখি। শ্রীকৃষ্ণদা মমাই ওনশিন-জবক্লবা মী অদুনা জগত্তা বিগদবা লৈতে, স্বর্গ কাবা নোরোক তাবা হুবি ভক্তগী মফমদদি চপ মান্নবা উবা ঙম্মী। লাইনিংবা, দান তৌবা, মাম চংপা, যোগী ওইবা, মন্ত্র খঙবা, নামচং ফজবা, হায়বিবা গুণ মযাম অসি লৈদ্রনসু মা মানা তৌবি তৌবিবা কর্ম্ম অদুবু হবিদা কংপা য়াঙদ্রবদি নত্রবদি মঙ্গোলদা ওইদে। অদুগুম্বা মঙ্গোলগী মশক ওইবা মীংচং চাওববা ভগবানবু হন্না হন্না খুরুমজে। অসুম তৌনা বেদ, শাস্ত্র পুম্নমক্না কৃষ্ণনা জীবগী সম্বন্ধনি হায়বা তাকপীবি। মবম অসিনা হৌজিক মীওইবনা হিংলিঙৈ মতম খবা আসদা তৌজগৌগদবা ইথৌদি শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিনি। মবম অসিনা শ্রীগুরুদেবগী কৃপানা থম্মোয়নুংদা থাজবিবা ভক্তিগী পাম্বাবু শ্রবণ কীর্ত্তন, সাধু সঙ্গনা মবম ওইদুনা প্রেম ফল য়ালহনবা ঙমজববদি ত্রিতাপ মৈচাক চঙঙোই। লোইনায়দ্রবা লমন মপৈবুসু ইবাই লায়না শিংজবা ঙমগনি।। অদুনা হাবম খুদিং এখোয়না হন্না য়েংহৌস।

## লোইজরে

# চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ২ | রসনীনাং | রমনীনাং |
| ১ | ২ (কথোকচরিগী) | মপন্না | মাপন্না |
| | (হীরম খুদিং হন্না য়েংহৌসিগী) | | |
| ৯ | ২ | নোক্লা | লোক্লা |
| ৯ | ১ (শ্লোক) | নভিন্নম | নভিন্নম |
| ৯ | ১৪ | দ্রোপদিস্থ | দ্রৌপদিস্থ |
| ১১ | ১২ | মোকুল | মোক্ষ্য |
| ২৫ | ৬ | মীংয়েং নায়েং পুরবদি | মীংয়েংনা য়েংউরবদি |
| ২৫ | ১০ | কর্ম্মনি | ধর্ম্মনি |
| ২৫ | ১৫ | বিদায় | বিজয় |
| ২৫ | | অমদি | অড়ুদি |
| ৩০ | ৮ | ইশানা | ইচানা |
| ৩১ | ১৭ | আশ্বর্য্য | মাশ্বর্য্য |
| ৪৩ | ২০ | মুংঙাইজরো | মুংঙাইজরে |
| ৪৭ | ১ | শনিত | শোনিত |
| ৪৯ | ৩ | জর্তে | জাতি |
| ৪৯ | ১০ | ফাওবা | ফত্তবনা |
| ৪৯ | ৩ (শ্লোক) | মাযেব | মামেব |
| ৫৪ | ১২ | (পুক্লিং অয়িংবা) | (পুক্লিং অয়িনবা) |
| ৫৯ | ১ | থুন্নমক | পুন্নমক |

## অইবনা মথঙ ফোঙগদবা লাইরিকশিং ঃ

- ধর্ম্মশিংনা তাকপা কলি।
- শ্রীগোবিন্দ লীলামৃত রস।
- মধ্যাহ্ন লীলা

  মৈতৈলোল অনুবাদ মুল ব্যাখা লোয়নবা

—(০)—



